# ꯕꯤꯗꯥꯌꯅꯥ
# ꯄꯟꯊꯨꯡ
# ꯑꯣꯢꯔꯒꯦꯔꯥ?

## বীদায়না
## পন্থুং
## ওইরগেরা ?

# ꯕꯤꯗꯥꯌꯅꯥ ꯄꯟꯊꯨꯡ ꯑꯣꯏꯔꯒꯦꯔꯥ?

# বীদায়না পন্থুং ওইরগেরা ?

(তাং ১/৯/১৯৯১ইং দগী তাং ১০/১১/১৯৯১ ইং ফাওবদা)

ঈখিবা ঈশৈশিং


ꯀꯩꯁꯥꯝ ꯄ꯭ꯔꯤꯌꯣꯀꯨꯃꯥꯔ ꯁꯤꯡꯍ

কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ






শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল), মনিপুর

# ꯕꯤꯗꯥꯏꯅ ꯄꯥꯟꯊꯨꯡ ꯑꯣꯏꯔꯥꯒꯦꯔꯥ?

**BEEDAINA PANTHUNG OIRAGERA ?**

(Lyrical Poems in Manipuri Language)

Composed by : *Keisham Priyokumar Singh*

Published by : *Keisham Ongbi Anita Devi*
Haobam Marak Keisham Leikai,
on behalf of Sheirengbashingee
Apunba Lup (SHAL), Manipur.



1st impression : 2011

Copies : 700

Cover Printed at : *Omega Offset Printers*
J.M.J. Shopping Complex,
Paona Bazar
Opp. Triends Talkies, Imphal



Price : *125/-*
*(One hundred twenty five) only.*

লাইরিক ফংফম : ১। রাজেশ বুক স্টোর, গোর্ভনর রোর্ড।
২। অইবগী য়ুম।



Printed at : R.M. Press, Paona Bazar, Imphal
DTP : Ganesh Printing, Paona Bazar, Govenor Road, Imphal



ঈশৈবু শক্তিব/শক্তিবীশিংদা

ঈশৈবু পামজব/পামজবীশিংদা

ঈশৈবু তারিব/তরিবীশিংদা

ঈশৈবু ইরিব/ইরিবীশিংদা

সাহিত্যবু পামজব/পামজবীশিংদা

# ꯄ꯭ꯔꯦꯁꯤꯗꯦꯟꯇꯀꯤ ꯋꯥꯔꯣꯜ

# প্রসিডেন্টকী ৱারোল

মনিপুরদা ঈশৈ হায়বা অসি সধারন মীয়াম্না খঙনরিবা অমদি শক্ল রিবা ঈশৈ মখল খরা পনবা তারবদি মতমগী ঈশৈ, লাইশোল ঈশৈ অমদি লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অসিনি। অদুগা অমরোমদা চহী য়াম্লবা অহলশিংনা পাম্নবা খুলুলং ঈশৈ, পেনা, নট, বাসক অমদি খোংজোম পবর্বনচিংবা অসিশু ঈশৈগী কাংলুপ্তা চল্লী হায়বা য়াই। মথক্তা পঙখিবা ঈশৈ মখলশিং অসি মাগী মাগী চহী মতাংগী মতুংইন্না অপাম্বা পামদবা লৈফম থোকই। হৌজিক্কী মতমগী নহারোল নুপামচা নুপীমচাশিংনা প্রমান পান্থে য়াওদবা নুঙাইবা ৱাহে ৱাতাশিংগী মতম ঈশৈ তানীংলি, অদুবু অহল খবা ওইরক্লবা মীওইশিংনদি থাইনগী ঈশৈ তানীংবসিদি মহৌশানি। ৱাফম খরসিগা লোয়ননা করিগুম্বা খরদং হায়জনীংবদি হৌজিক হৌজিক মনিপুবদা মতম ঈশৈগী অকনবা অচৌবা ঈহৌ অমা লাক্লি, ঈহৌ অসিগী ঈনোৎ হাপ্লিবনা ওল ইন্সিয়া রেডিও ইম্ফালনি হায়বা য়াই। চহী খরা অসিগী মনুংদা এ.আই.আর. ইম্ফালগী কংলা অমসুং শঙাই চেনেলদা তোঙান তোঙানবা নুমিৎশিং অমদি পুংফমদা নহারোলনা পাম্নবা মনিপুরি মতম ঈশৈগী তোঙান তোঙানবা থৌরম কয়া থম্বিদুনা মতম ঈশৈবু মীয়াম্না পাম্নবা অমা ওইহনবশিনা অইবশিং অমদি শক্লিবা কলাকারশিংদা হেন্না পুক্লিং থৌগৎহল্লী। ঈহৌ অসিগা লোয়ননা ঙসিদি মনিপুরদা ঈশৈ, শৈরেং, ৱারেংনচিংবা ইবগী মশিং য়াম্না নেগৎলক্লে। অদুবু শেল থুমগী অৱাবা অমদি খুদোংচাদবা কয়ানা লাইরিক ওইনা ফোংদুনা মীয়াম প্রজাশিংদা মহাও তংহনবা ঙমদনা লৈরিবা ইচীল ইন্নাওশিং কয়া অমসু মনিপুরদা লৈরি। অসিগুম্বা নুঙাইতবা মরম কয়াশিং অসিদগী এ.আই.আরগী এপ্রুব শৈরেংবশিংগী মরক্তগী ঐখোয় খরা পুনশিঞ্জরগা অইবশিংগী মতেং খরদং

ওইরবশু পাংজবা ঙম্মবগী পান্দমগা লোয়ননা শাল (শৈরেংবশিংগী অপুনবা লুপ) হায়বা সংস্থান অসি লীংখৎচখিবনি। মতুং তারকপদা সংস্থান অসিগী অহানবা খুদোল ওইনা অইবা মীওই ১২ না ইবা মতম ঈশৈ ৯৬ য়াওবা **"খাখলগী শৈরোল"** কৌবা ঈশৈ শৈরেং লাইরিক অমা চৎলিবা চহী ২০১১ অসিগী এপ্রিল থাদা মনিপুর দ্রমাতিক ইউনিয়নগী হোলদা শ্রীমাইস্নাম বিরমনি সিংহ, প্রোগ্রাম ইজুকুটিভ, এ.আই.আর ইম্ফাল অমসুং ঐহাক ইশা শালগী প্রসিডেন্টনা মথংশিংনা চিফ গেষ্ট অমসুং প্রসিডেন্ট ওইদুনা পাংথোকপা অচম্বা থৌরম অমদা ফোংদুনা মীয়ামদা খুদোল তমজখি। মতুং তারকপা হন্দক ফোংগদৌরিবা লাইরিক, **"বীদায়না পম্মুং ওইরগেরা?"** হায়না মীংথোংনবা, হৌজিক- হৌজিক শালগী জেনরেল সেক্রেটরিগী ফমসু পায়বিরিবা এ.আই.আর ইম্ফালগী এপ্রুব শৈরেংবা শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহনা মশানা ইজবা ঈশৈ ময়েক চাম্মা (১০০) য়াওবা ঈশৈ শৈরেং লাইরিক অসিনা শালগী ওইনা অহুমশুবা লাইরিক্নি অমদি অনিশুবা ওইনা ফোংজবনি অমদি অসিগুম্লবা লাইরিক অসি মীয়ামদা খুদোল তম্বিবগীদমক্তা ঐহাক ইশাগী অমদি শালগী মাইকৈদগী অইবা শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহবু ঙমখে লৈতনা থাগৎচরি লোয়ননা মখা তানা মীয়ামগী সেবাগীদমক্তা লেপ্তুনা ইবা ঙম্বগী পাঙ্গল, থৌনা অদু ঈশ্বরনা তুং কোইনা পীনবিবা ওইরসনু।

ইম্ফাল

তাং ০৩/০৬/২০১১

**শ্রী ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রো সিংহ**

প্রসিডেন্ট

শৈরেংবশিংগী অপুনবা লুপ (শাল)

মনিপুর

# ꯍꯥꯏꯖꯅꯤꯡꯕ ꯋꯥꯐꯝ ꯈꯔꯗꯪ

## হায়জনীংবা ৱাফম খরদং

ইচা শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহনা ইবা ঈশৈ ময়েক্কী খোমজিনবা লাইরিক "বিদায়না পম্মুং ওইরগেরা" হায়বসি ডি,টি,পি লোইরবা মতুংদা ঐঙোন্দা পুরক্কুনা ৱাফম খরা ইননবা হায়বিরম্মী। মতম্না খরা তেন্না ফংবনা ঈশৈ- শৈরেংশিং লোইনা পাবগী খুদোংচাবা খংদ্রবসু খরা অমদি পাজরে। মদুদগী থোক্লকপা পুক্নিং ৱাফম খরা মখাদা থমজরি।

প্রিয়োকুমারগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবসি ঙম্নমক্না ঈশৈ- শৈরেং চাম্মনি। মসিগী মনুংদা শৈরোল ৮৪/৮৫ রোমদি নুংশি- নুংওনগী ঈশৈনি, নীংবা কায়বগী তেংথাখোল, নুংশিবনা চনবা পাউখোং, ওইনবা, নীংশিংবা, মৈচাক খাঙবা কায়নবা নুংশিবগী হীরমদা ইবা য়াবা কয়া অমা লাইরিকসিদা য়াওরি - ফজে পাবা নুংঙাই, অর্থ থোকই, স্থায়ী অমদি অন্তরাশিংগা লৈনবা মরীদা অকায়বা থোইনা লৈতে হায়জনীংই। শৈরোনশিং অসি অয়াম্বনা সবজেক্টিভ - 'ঐ' হায়দুনা ইশাগী ৱাফম, ইশাগা মরী লৈনবা থৌদোক- ৱাথোক ঙাক্তদা লেংবা ওইনা তৌই, পার্সোনেল খরা হেন্না ওই। ৱাহৈ- ৱাতা (ডিক্সন) ফজে। ছন্দ, মাত্রা, অনুপ্রাস (রাইম রিদম) গী মায়কৈদা পুক্নিং হেন্না চঙশিল্লুবদি উদে, অদুবু শৈরেং ইবগী, ঈশৈ লেংবগী চংনবী অমদি ফজনা ঙাক্কুনা ই।

প্রিয়োকুমার সিংহ, আকাশৱানী ইম্ফালগী শৈরেংবনি। হন্দক মরকসি ঐ রেডিওগী মতম ঈশৈ অসি খরা খরা অদুম তাজে, মদুদা শৈরেংবশিংগী মিং হেক হেক লাউথোরকপদা ইচা প্রিয়োকুমারগী মিং অসিমা তোয়না থেংনজে। ঐ লম্মুক্লে- ঐগী মরুপ ঐগা তিন্নজবা ৱারী

মচা ইবদা থোইদোক্লা শীংথানরিবা কৈশাম প্রিয়োকুমারবু ঈশৈ ইরবরা? খরা লৈরগদি নহা ওইরিবা ইচা প্রিয়োকুমারগা, মরুপ উলেল মীতৈগা নুমিদাং অমা য়ুমদা লাক্কুনা ৱারী শান্নবা মীকুপ্পুদা ঐগী চিংনবা কোকখি। মহাক নহা ওইরিবা কৈশাম প্রিয়োকুমারনি হৌজিক হৌজিক মপাল ফনা ঈশৈ ইখৎলক্লিবা, মশক মতৌ চঙখোনবা নহানি, হাওবম মরক্তা লৈবনি, মতম কুইরবগী মমাঙদা মাগী ওডিও ঈশৈ কেসেট অমসু পাহাড়ী, জামিনীকান্ত অমদি ঐ ইশামক ঐখোয় অহুম্না ময়ুমদা ফোঙখি। য়াম্না কুইখ্রবা মতমগী ৱানি, - হৌজিক্তি প্রিয়োকুমার মীয়াম্না মশক খঙনরবা রেডিওগী শক্লাইরবা শৈরেংবা অমা ওইরে। লমদম অসিগী মতম ঈশৈগী মমীং লৈরবা কলাকার কয়ানা মাগী ঈশৈ শকখ্রে, পুম্নমক হোৎনবগী মপালননি। ঙসিদি রেডিওদা শকখ্রবা শন্দোকখ্রবা ঈশৈ কয়াদু খোমজিল্লগা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপিরকপা তরাম্না ওকচৈ।

প্রিয়োকুমারগী ঈশৈ- শৈরেংগী লাইরিক অসিদা নুংশি- নুংওনগী শৈরোল নত্তবা অতৈ হীরমদা ইবা ঈশৈ খরসু থেংনৈ, খুদম ওইনা খরদং পঞ্জরবদা লাইরিক অসিগী ৪৬ শুবা ঈশৈ 'ইমা ইমা মৈতৈ ইমা' হায়বসি লৈবাক নীংবগী ঈশৈ- শৈরোলনি। মৈতৈ ইমাশিংনা অৱা- অনা খাঙদুনা মচা- মশূ থাক্লবা হোৎনরিবা নোম্বা কনবগী মতৌদুবু শৈথাবনি। 'লমদা থাসে য়ৌরক্লে' (৪৮ শুবা ঈশৈ) হায়বসি য়াউশংগী হরাও- কুম্মৈ শৈথাবা ঈশৈনি। লাইরিকসিগী ৬১ শুবা ঈশৈ 'ঙসিগী মালেম লৈকোলসে' হায়বসিদা, মীওইবনা থোকহল্লিবা অকি- তুজুংগী থৌদোকশিংনা মালেম অসিবু ৱাহল্লিবসি তেংথাদুনা ইরি, হায়রি - 'মীনা মীবু চারক্লে/ঈনা ঈবু থক্লক্লে/ তাইওন্নরে তাইবং পথাপ/লৈই খোয়না চিংলক্লে।' ফজবা ৱাহে লোঞ্জন্নি। লাইরিকসিগী ৭০ শুবা শৈরোলদা ইম্ফাল তুরেলবু শৈথাবা ঈশৈ অমা য়াওরি - 'ইম্ফাল তুরেল পূকফবী' হায়না শৈহৌবা অমা। ইম্ফাল তুরেন্না মীওইবা জাতিদা তৌরিবা কান্নবা, মীওই কাঙলুপ কয়াবু মাগী

তোবর্বান্দা নুংশি- চান্নবা তাহন্দুনা একতাগী নীংথিরবা শক্তম শাগৎলিবা অসিবু শৈথাদুনা হায়রি - 'জাতি কয়ানা খুন্দারিবা/মান্নদ্রবা লমদমশিং ফাওদুনা/নঙনা চৎলি অহিং- নুংথিল/ য়েল্লি শান্তিগী ঈরিক কয়াবু' অসুম্না তাইবংগী তাইওন্নবা মতৌবু শৈথাদুনা ইবা ঈশৈ - 'মমশিল্লক্লে মায়কৈ মরীমক' ইঙা থাবু শৈথাবা - 'ইঙা থাসে য়ৌরক্লে' পুন্সিবু শৈথাবা ঈশৈদা - 'মায়াগী থৌরীনা পুল্লিবা' লাইনীং- লাইশোনগী ঈশৈদা - 'পুন্সি সন্ধ্যা ওইরক্লে' সোসিয়েল ওইবা থিমদা - 'অঙাওবা নত্তে ঐহাকসে' থায়নগী কলচর শৈথাবদা - 'মৈ মৈ অদ্রোগী মৈ' মহৌশাগী ফিভম ঙাকশেনবদা - 'য়েংউ চীংশাং পরেংসে' তাইবংগী অচুম্বা লম্বী তাকপদা- 'লম্বী তাইবং লম্বী' অমদি 'হাইনা হুমনা শাৎলিবী' নুমিৎ থোক্লকপা অমদি অয়ুক্কী মতম শৈথাবদা - 'থোরক্লে কোরৌহনবসে' নচিংবা খরসি অতোপ্পা হীরমদা শৈথাদুনা ইবা ঈশৈশিংনি। ঐহাক্না পুক্লিং হেন্না থৌগৎচনিংবসু মসিদনি মরমদি মতম ঈশৈ হায়বসি নহারোল- পাখং লৈশাবী খক্তগী ওইনা লৌবা য়ারোই, চহী তাংকক কয়াগী মীওই কাঙলুপ, তাইবংদা লৈরিবা হীরম কয়াগী ব্রাখল্লোন শম্না হায়রবদা জ্ঞান, বিজ্ঞান অমদি অনুমানগী ওইবা হীরমশিংদা ঈশৈ ইবা য়াই, মদুতনা মতম ঈশৈগী পষ্খে শোয়দনা পাকথোক- চাউথোকহনগনি।

ঐনা থাগৎচনীংবা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা ঈশৈ ময়েকপু লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপিদুনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী মচাক ওইনবা খন্ন- নৈনবগী খুদোংচাবা থম্বিবা অসিনি। মনিপুরী মতম ঈশৈগী শৈরেংসু সাহিত্যগী য়াম্না মরু ওইবা মচাক অমনি, অদুনা মনিপুরী সাহিত্য চাওখৎহনবদা ঈশৈ শৈরেং (লিরিকেল পোইত্রি) গী থৌদাং য়াম্না চাউই। কলাকারশিংনা শক্লগা পেন্দুনা লৈথোকপা হায়বসি মতমগা কয়া চান্নরক্লবা ব্রাফম ওইনা তৌই।

কৈশাম প্রিয়োকুমারনা মহাক্কা ইজবা অমদি রেডিওদা শন্দোকখ্রবা ঈশৈশিং য়াওনা ঈশৈ- শৈরেং চাম্মগী লাইরিক অমা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা ফোঙদোকপিরকপসি য়াম্না নুংঙাইজে। লাইরিক্তা ইরিবা বাংলা ময়েক্কী বানান অসিতংদি অমুক্কা হন্না য়েংশিনহঞ্জনীংই। মরমদি লাইরিক্কী মগুন শীংথারকপদা বানানগী ৱাফম অসিসু শোয়দনা খন্নদবা য়ারোই।

ইচা প্রিয়োকুমারনা অনা- অয়েক, য়ৈখায়- থিঙ্গায়বা য়াওদনা পুন্সি নুংশাংনা হিংবা ওইহনবীয়ু লোয়ননা সাহিত্যগী সেবাদা পূক্নিং লূপচবা মীওই অমা ওইনা তৌরুবা খুদিংদা মঙ্গল পীনবিয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রাথনা তৌজরি।

ইম্ফাল

তাং ০৮/০৬/২০১১

**বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা**

ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল

# ꯑꯏꯕꯒꯤ ꯋꯥꯍꯩ ꯄꯥꯎꯗꯝ

# অইবগী ৱাহৈ পাওদম

অহানবমক্তদা লাইরিকসিবু পাবিগদৌরিবা পাবিগদৌরিবী নুংশিরবা নুংশিরবী মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা ইকায়খুম্নবা উৎচবগা লোয়ন্না নোলুক্না খুরুমজরি।

কুইরে খঞ্জরকপা ঈশৈগী লাইরিক অমত্তংদি ফোংদোকচনিংবা, অদুবু ইঙমদি ঙমদে মতম ফংদবগা, করিনো খরা নাতৈ চাদবগা, অদুবু হন্দক্তি খংদে কদোমদগীনো ৱাখলদা ইনশিনলকপা অমা য়াওবগুম লাইরিক অমদি খংফোং ফোংনিংলকই। পনথরুবা তৌদনা কদায়দা করম্না নমসিগে হায়না খন্দুনা লৈরিঙৈদা নোংমা বজারগী গল্লি মচা অমখক ফাওদুনা চৎলুবদা প্রেস ওই করিওই তৌবা পংচাওদি চাওবা মান্দবা প্রেস অমখক্কী থোংনাওদা ঐহাক্কী মিৎয়েংফম ওইরুরে, ৱাখলদা খংইন ইনশিনলকপগুম ফাওরকই, ৱাখলদা হংলকই নঙগী লাইরিক নমনিংবদু হংলোদনা মতাং চারে। ঙহাক খঞ্জান্নরবা মতুংদা, হংবু হংগেদা খন্দুনা লৈরমলিবা মীওই অদুদা মপান্দগী ঐনা মসিবু করি প্রেস কৌবগে ? হায়না হংই, মীওই অদুনা প্রেসতুগী মমিং হায়রকই অদুবু মাগী মমিংদু মমুৎ তানগা তারুদে, ঐনা থুনা ইচিলসিনা ও .... হায়দুনা হেক্তা হায়দোকখিবগা লোয়ন্না, অদুদি ঐহাক মনুংদা অমুক্তা চংজরকপা য়াগদরা ? হায়না হংই, মানসু য়ানি, হেক্তা চংবিরকউ হায়রকই। অদুদগীদি ঐহাক মনুংদা চংলে অদুগা ঐনা হংই - মসিবু লাইরিক্কা নম্বা- খোৎপা য়াবরা ? মীওইদুনা খুমলকই, য়াই য়াই মীগীসু অদুম য়াম্না নমনখ্রে হায়রকই। ঙহাক লৈরগা মীওই অমা চংলকই প্রেসতুগী মপু মাল্লি য়েংবদা মবুক মপাও ফরমগদবা

মাল্লি, ৱা দ্রো দ্রো ঙাংঙি লৌথুপ লৌকোয় লৈতে ঐসু পুক্লিং খরা নুংঙাই, লাইরিক নমনিংবা খংফাও ফাওরে হেন্না থম্মোয়দা - ।। পনথদনা ঐগী অপাম্বা ৱাহং খুদিংমক মঙোন্দা হংলে মানসু মচা খায়না ঐঙোন্দা হায়রে। মতৌ অসুম্না ৱারি কয়া মাগা ঐগা শান্নরগা মতুংদা নুমিৎ অমা নম্বা হৌন্নবা হায়নরে, য়ারিবমখে থুনা লোয়ন্নবা তৌগে হায়বিরে, অদুগা অহানবগা ওইবনে মমলগী মতাংদসু খরা অদুক য়েংথোক য়েংশিন তৌজগে হায়বিরে। অসুম্না খনজরম্বা মংলান অদো মংফাওন্নবগী মায়কৈদা লাক্কুনা লাইরিক অসি নমবা হৌজখিবনি অমসুং নম্বা লোইজদুনা মীয়ামদা খুৎশিন্নজবা ঙমজরিবনি।।

ঈশৈ লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিং অসি কনাগুম্বা অমত্তবু অতম্মনা থাদুনা ইজবা নৎচদে, পুম্নমক ৱাখলগী পরিংদা শাগৎচবা থম্মোয়গী ইথিলনা পিরকপা ময়েকশিং ঙাক্তনি। ঈশৈশিং অসি ফজরে খন্না পুথোকচবসু নৎচদে। থম্মেয়দা ফাওরকপা ইহুলশিং অদু চেবাংদা ইশিন্দুনা থমজরম্বা খরা অদু লাইরিক ওইনা ফোংদোক্কুনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা য়ৌহনবা পামজবদগী অমদি মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা করিগুম্বা লাইরিক মচা অমত্তংদা ওইরবসু খুদোল তমজবা পামজবদগী হৈত- হৈত লেংজদুনা ইজবা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইরিক **"বীদায়না পম্বুং ওইরগেরা?"** হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি ফোংজবনি।

ৱাফম অমনা লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাবিখিবা আর. এম. প্রেসকী প্রোপাইটর রঘুমনি অমদি ইচিল ইনাওশিং , গনেশ প্রিনটিংগী ইনাও ওজিৎ অমদি রোসনবুসু লাইরিক অসিগী ডি.টি.পি. তৌবীবদা ৱাবিখিবগীদমক্তা ঐহাক্কী মাইকৈদগী থাগৎপা ফোংদোকচবগা লোইননা লাইরিকসিবু মশক থোক্লা পুথোক্লবা হোৎনবদা লাইরিকসিগী মখুমবু থৱায় য়াওনা শেম শাবিখিবা অমদি নম্নবা হোৎনবা অৱাবা থৌদাং কয়া

লৌবিখিবা অমদি নম্বীখিবা ওমেগা ওফসেট প্রিন্টর, পাওনা বজারগী ঈচিল নাওশিংবু হন্না হন্না থাগৎপা ফোংদোকচরি অমদি তৌবিমল খংবা উৎচরি, লোইননা ঈশ্বরনা থৌজালবিবা ওইসনু হায়না হায়জরি অমদি লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাফম খরা ইবিয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরকখিবা লৈবাক মীয়াম্না থোয়দোক হেন্দোক্না শকখংনবীরবা অইবা অমদি শৈরেংবসু ওইবিরীবা পাবুং বি. জয়েন্তকুমার শর্ম্মবু মহাক্কী চিল্লবা মতম কয়া কায়থোকপীদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাফম খরা ফোংদোকপিরকপগীদমক হন্না হন্না থাগৎপা ফোংদোকচরি লোয়ননা পুন্সি নুংশাংনা লৈবিদুনা তুং কোয়না ঐখোয় খ্বায়গী অমদি লমদম অসিগী সাহিত্যগী লমজিং মৈরা ওইবিনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা খুবাং চাংজৌ তরা লোন্নদুনা থৌনিজরি, অমদি শৈরেংবশিংগী অপুনবা লুপ (শাল)গী থৌবুরেল ওইবিরিবা ইয়াম্বা ঙাইরাংবম মুনিন্দ্রোবুসু ফোংজরিবা লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাফম খরা থম্বীবগীদমক্তা হন্না হন্না নুংঙায়বা অমদি থাগৎপা ফোংদোকচরি। মথংদা লাইরিকসি নমন্নবা হোৎনবদা খঙদবা কয়াবু তান্নবদা মতেং পাংবিরকখিবা ইয়াম্বা শৈরেংবা দোনেশ্বর কোনসম অমদি উলেল মীতৈবুসু ইকায় খুম্নবা উৎচবগা লোয়ন্না থাগৎপা ফোংদোকচরি।।

মরু ওইনা লাইরিক অসিদা মতম ঈশৈ ১০০ খক্না লৈতেংদুনা শেমজবনি পুন্সিগী অঙম্বা মতমদা ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৯১গী সেপতেম্বর তাং ১ নোংমাইজিং নুমিত্তগী ইজবা হৌখিবা ঈশৈ ময়েক্তগীনা ইং ১৯৯১ গী নবেম্বর তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ ফাওবদা ইজখিবা ঈশৈ মশিং ১১২ গী মনুংদগী লাইশোন ঈশৈ অমদি লৈবাক নিংবা ঈশৈ খরা লৌথোকখ্রগা মতম ঈশৈশিং খনগৎচদুনা ফোংজবা মতম ঈশৈগী ওইবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিকনি।

অরোয়বদা হাইজনিংবা ব্রাফম অমনা লাইরিক অসি অহানবা পুথোকচবা ওইবগা, হাথু হাথুনা নমখিবগা ব্রাহৈশিংগী বনানগী মতাংদা

য়াম্না কুপ্না য়েংশিনজহৌবা ঙমজখিদরে মদুগীদমক লাইরিকসিবু পাবিরিবা সাহিত্যবু নুংশিবিবা ঙাকপিহৈবা অখং- অহৈশিং, মরুপ মপাং, ইচিল- ইনাও অমদি লাই- গুরুগুম্লবা কয়ানা ঙাকপিগনি, লোয়ন্না মতুংদা ফগৎন্নবা তাকপিরকপা পাওতাক খুদিংমকসু হরাওনা ফিগাও শানা লৌজগনি অমদি মতুংগী খুৎনমশিংদা য়ারিবমখৈ শোইদনবা হোৎনবা ঙমজগে হায়না মীয়ামদগী মঙ্গলআশীবর্বাদ নিজরি।

ইম্ফাল।
তাং ১২/০৬/২০১১

*- অইবা -*

**কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ**
হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই

# ꯌꯥꯎꯐꯝ ꯇꯥꯀꯄ
# য়াওফম তাকপা

*করম্বা ময়েক* — *কদাইদা*



## "তাম্না লৈখ্রবী চান্নবী নঙগী"

তাম্না লৈখ্রবী চান্নবী নঙগী
নৱাহৈ নপাও তাখিদবা কুইরেদা
লোয়দাম থাজসু মশিং য়ামলক্লে
করম্নবু লেপ্লিবা মীরমদুদা (নঙনা)
তমলোলাওনে ঐঙোন্দা নাপ্পা চিক্লা ।।

নুংঙায়ববু ওইরিবরা অৱাববু তারবরা
থাপলা লমদমদুদা নঙনা ঙসি
নিংঙাইদনা তুমিন্না করিবু খনলিবা
অসুক কুইনা নপাওবু তাক্তবদি ।।

নহাক্লা চনলম্বা নুংশিগী পাওখোং
ফোংলগে লাক্লো ঙসিদি ঐনা
লিররো ৱারি নঙগী লৈজবা
নিংঙাইদনা ফমদুনা ঐগী ইনাক্তা ।।

০১/০৯/১৯৯১






## “নঙবু নুংশিরুবা থম্মোয়সিনা”

নঙবু নুংশিরুবা থম্মোয়সিনা
তত্তনা কপলি তুমিন্না
পিরমলবদা কায়না মৈচাক
নঙনা চৎলমদাইগী মতমদুদা।।

করিগুম্বা হান্না খঙলম্লবা
নঙগী থম্মোয়গী পামদবদো
ফোংলমলোয় ঐগী নুংশিবসে
ৱাহনলমলোয় থম্মোয় কান্নদনা
তারমলোয় পিরাংসু মিৎলুদগী।।

পিরম্মু পাওখুম অসিমত্তং
শুমহৎপি মিৎয়েং অদুদি
লৌনম মিৎয়েং ওইরদরা
মোমোন মিনোক অদুবুনা
নোক্লা মিনোকপু ওইরদরা।।

০১/০৯/১৯৯১





# "করম্বা পাওখোংনো চনলিবা"

করম্বা পাওখোংনো চনলিবা
নঙগী লোন্না য়েংবা মিৎয়েংদুনা
করম্বা ৱাহংনো হংলিবা
নঙগী মোমোন মিনোক্কুনা ।।

মিৎচিগী পাওখোং অরাইবা নত্তে
মিনোক্কুগী ৱাহং লুদবা নত্তে
করম্না খংগনি থম্মোয়না মাবু
পুকচেল  লেপত্রবী নুজাগী থম্মোয় ।।

লৈতাহনদরে থম্মোয় নঙগী মিৎয়েংদুনা
কঙাওনরে ৱাখল নঙগী মিনোক্কুনা
থেংল থেংলগা অৱাবা হাপলে
মরৌ লৈবী নঙগী মিৎয়েংদুনা ।।

০১/০৯/১৯৯১





৪

# "বীনা ...... বীনা ........."

বীনা ...... বীনা .........
ঐগী ঈশৈগী থৱায় হাপলরো
তাহ্নলো নাপ্পদা নহাক্কী শুর
বীনা .... বীনা .... থম্মোয়গী বীনা .... ।।

নহাক য়াওদ্রবদা পুন্সিগী ঈশৈসে
শুর কায়রেনে, শকপদা ৱারে
নঙগী থম্মোয়না করিবু খনলিবা
অদুক কুইনা লোৎপদি ঐঙোন্দা ।।

অহান্বা থেংনবা মিৎকুপ্তুদা ঐনা
খঞ্জখি নঙবু ঐগীনি হায়না
অদুবু ঙসিদি কৈদা লোৎলবগে
করম্বা নঙগী পেন্দবা ৱাখলনা ।।

১২/০৯/১৯৯১





## ৫

# "তাকলমদা চৎখরে মাদি"

তাকলমদা চৎখরে মাদি
থম্মোয়দা চৈনা পিরম্লগা
মায়কৈসু তাক্লমদে, মফমসু হায়রমদ ।।

অহানবা উন্নবা নুমিত্তুদা
শিন্নখি থম্মোয়সে মকাদা
লৈজবা ফোংদোকখি ব্রারি কয়া
লেপলবোয় খন্দুনা মানা ঐগী ।।

করম্বা বীধিগী নোংদম্না
ঐগা অসুক লাপনখিবা
থম্মোয়বু মরাল শিদুনা
নুংশিগী ময়োলসে থদৎলগা ।।

১২/০৯/১৯৯১





৬

# "য়েন্নিংথা য়ৌরসু ঐগী থম্মোয়দি"

য়েন্নিংথা য়ৌরসু ঐগী থম্মোয়দি
অনৌবা ময়োল চোংগনি থাজদ্রে
নঙনা পীরম্বা বীদায়গী চৈথেংসিনা ।।

মপাং য়াওদ্রবা চেক্লানি ঐদি
কৈদৌরুনি অহাংবা নোংমদোল অতিয়াদা
বসন্তগী হৈনৌ মপালনা কৈদৌরুনি
নহাক য়াওদ্রবা ঐগী পুন্সিদা ।।

ইঙাগী নোংনা চামথোকপা ঙমগদ্রা
ঐগী থম্মোয়দা তাখিবা মমি
নিংথমগী উনলেন্না ইংহম্বা ঙমগদ্রা
ঐগী থম্মোয়গী অৱাবা পুন্বসে ।।

১৩/০৯/১৯৯১





৭

# "হো নুংশিবা, হো নুংশিবা"

হো নুংশিবা, হো নুংশিবা
করম্বা লাইনা শাবনো
করম্বা মফমদা লৈবগে
খ্বাই কৈথেলদবু য়োনবরা
মশক উদ্রবা নুংশিবা ।।

থাংদোক থাংজিন য়াবরা
করাই তান্না চৎখরে
নুংশি কিশি থোকলমলগা
মীয়াম মরক্তবু য়াওবরা
হাংল মালংদবু তিনখ্রবরা ।।

লাইর পুন্সি মীরায়দুনা
চমলা থম্মোয় থাদোক্তুনা
নুংঙায় য়াইফকোন্দা য়ৌখ্রবরা
নুংশি ৱারি লিনখিশি
থম্মোয় মানা পেন্ননবা ।।

১৩/০৯/১৯৯১





৮

# "হো মরুপ, হো মরুপ"

হো মরুপ, হো মরুপ
তারিবরা, তারখোলাও
থম্মোয়গী ৱারিসে তারখোলাও ।।

থম্মোয় অমগী ৱারিনি
নিংঙমদ্রবা পেন্দ্রবা ৱারিনি
নাপ্পা চিক্লা তমলগেনে
তাখি খংখি থোক্লবদি
থম্মোয়বু মরাল শিবিনি ।।

তৌনিংবদা তৌবা ঙম্বী
ওননিংবদা ওনবা ঙম্বী
নুজা মাগী থম্মোয়নি
নুংশি মশক খংদ্রবী
তমথিবী মাগী পুকচেলনি ।।

১৪/০৯/১৯৯১





৯

## "থম্মোয় খংদনা নুংশিরুবনা"

থম্মোয় খংদনা নুংশিরুবনা
নুংশিগী অহানবা ময়োলসে
মতৎ মতৎ থদৎলমলে
নুংশি খংদ্রবী পুকচেলদুনা ।।

মপান্দদি নুংশিবা মতৌ
থম্মোয়দদি তমথিবা মওং
নঙগী করম্বা ৱাখলনা
করি অহেনবা পামলিবা ।।

অমংবা নোংগুম লাকলম্বা
খংহৌদা পায়খরে নোংলৈলক্তা
খাংহৌরে অৱা মৈশাদা
মসিবু কৌবরা নুংশিবা ।।



১৪/০৯/১৯৯১



১০

## "থম্মোয় অমা কায়নবগী"

থম্মোয় অমা কায়নবগী
পুঙমদ্রবা মৈচাক অমনা
ওইহনলে ঐবু অঙাওবা
ওইহনলে ঐবু শৈশকপা।।

কাওগে খনলুবা মিংকুপ্তা
নীংশিংবনা শরুক চাম্মনি
মাগী শক্তম লিশিংনা
ইমাংদা পরেং লেংলরে।।

হে থম্মোয় অপংবা
করিগী নীংশিংলি মহাকপু
মানদি নঙবু নীংলমগদরা
কান্নদনা নদোমতা ৱাহনলনু।।

১৫/০৯/১৯৯১





# ১১

## "কালগী ইবেম্মা"

হো ...... হো ..... হে ..... হে......
কালগী ইবেম্মা
মৈতৈ মিঙ্গী হোংজরোয়
কৌজগে নঙবু, মতমগী ইবেম্মা.. ।।

অকাবদা মারুটি, কুমথিবদা জিপসি
তথক- তথক মিংচি তেনগী
চিংনা য়েংবা মিৎয়েংদুনা নঙগী
করম্বা লাংবু থাক্লিবা কনাদা ।।

নঙগী তবারা তঙাংবা চীম্বালদুনা
করম্বা অমৃত্রবু পুরিবা
খোয়দাবা কনাদা লায়ৱা ওইনবা
মায়থোংগী ফজববু হেনগৎহনলিবা ।।

ফজরবা ঙকশমগী লৈতেংগী মথক্তা
নীংথিরবা শমলাংগী জগোয় মরক্তা
নাপ্পগী নাইন্না ইনোৎ হাপ্পদি
করম্বা য়ায়বু থারিবা নহাক্লা

১৫/০৯/১৯৯১





১২

## "নঙ- ঐগী অরোয়বা থেংনবদুনি"

নঙ- ঐগী অরোয়বা থেংনবদুনি
ঐগী থম্মোয়দা তাসোন্না য়ুহৌরিবা
লম্বীদুগী চিদায়দা ইদোম তুমিন।।

নোকফেত্তা তৌরম্মী পাওখুমদি পিরমদে
মোমোন্তা নোকপা নঙগী চিমবান্দুনা
হংজবা ব্রাহংসু অরেম্বা তাহৌরে
নঙনা উৎলম্বা মওং মতৌনা।।

ফল তাখিদ্রবা ঐগী নুংশিজবদো
মফম খংদনা লম্মখাংদা কায়হৌরে
হৌজিকসু নুংশিরি ঐনদি নঙবু
তামখ্রবসু নঙনা ঐগী ইফমদগী।।

১৫/০৯/১৯৯১





১৩

## "হো নুংশিবা, নুংশিবা শাবরা"

হো নুংশিবা, নুংশিবা শাবরা
নঙগী নুংশিগী খৌরবা তেন্না
থম্মোয়সিদা কাপলমলগা কৈদা চৎলবগে
হনলক্লো লাক্লো হান্নগুম ইনাক্তা।।

মতমনা ফোংলেনে অরোনবা ৱারি
লোৎপা য়াদরে পীরমবা খুদোলসে
হান্নগুম লাক্লো নুংশিবী হায়বরো
খাংবদা ৱারেনে নুজা ওইবিদি।।

মীনোক চাওরবা ঙসিগী মালেমদা
ইদোম করম্না খাংঙু হায়বগে
ঐগী অৱাবসে খংদ্রবরা নঙদি
নুপা ওইবা হৌনশারা মদুবু।।

১৬/০৯/১৯৯১





# ১৪

## "চান্নবী নঙনা চৎত্রিগৈঙেগী মতমদুদা"

চান্নবী নঙনা চৎত্রিগৈঙেগী মতমদুদা
অমুক্তং উন্নবা পামলম্বনি ঐদি
অদুবু পুন্নমক অরেম্বদা তাহৌরে
লান্না লৌখ্রবা নঙগী ৱাখলদুদা ।।

করিগুম্বা নঙনা খরদং ওইরসু
খনবীরম্বা তারবা থোয়না ৱারমলোয়
নঙগী ৱাখলদা ৱাজরিবা ঐসে
হাপলমলোয় মৈচাকসু ঐগী ঃ

পুন্নমক্তুগী ওন্নবদা নঙনা ঐবু
চিংনরিবরা হায়যু লান্না লৌরিবরা
ঐবু অসুম্না তত্তনা ৱাহনলিবা
করম্বা নঙগী করম্বা ৱাখলনা ।।



১৬/০৯/১৯৯১



## ১৫

# "চোংঙিহে চোংঙিহে, মিহুন চোংঙিহে"

চোংঙিহে চোংঙিহে, মিহুন চোংঙিহে
নুংশি মনাক য়ৌরমদায়
মিহুন কন্না চোংঙিহে ....
দং ... দং..... দং..... দং. ......।।

থম্মোয় লিশিং পান্দুঙাইরে
ঐগী থম্মোয়গী তানথাসে
হো ..... মরুপ ঙায়খো নংবু
তপ্না থৌও গাড়িদো
নুংশি মনাক য়ৌরমদায়সে
চনিং চম্মাং শমন্দবগুমলে।।

হায়গে খনবা ৱাহৈশিং
নুংশিগী মনাক য়ৌরমদায়সিদা
ৱাখলদগী লোয়না মাংখরে
সিবু করি মতৌনো
করিনো ঐনা হায়দৌ/খুমদৌবা
ৱাহংসু পাওখুমসু কাওখরে।।

১৬/০৯/১৯৯১





## ১৬

## "চৎখ্রবসু মানা ইনাক্তগী"

চৎখ্রবসু মানা ইনাক্তগী
লৈরি ঐগী থম্মোয়সিদি
নুংশিবা মহাক অদুগী
অহিং নুংথিল অনীদা।।

চহী কুমজা য়ামলক্লে
নুংশি মপাও তাখিদবা
পাম্মু চেংলৌ উদবা
অহেন্বা কনাবু পামদুনা
নুংশি শমায় লৈখ্রমাল্লে।।

ঙাইহরি ঐদি হৌজিকসু
নুংশি মানা লাকপদো
হৌখিবা মতম কয়াসে
মাতবু লাইনিং ওইজবনি
মিৎলু পিরাং কংদনা।।

১৭/০৯/১৯৯১



১৭

## "হে থাজ শকহেনবী"

হে থাজ শকহেনবী
ঙসিগী মেংলবা নঙালসিনা
ঐগী থম্মোয়বু কাযহৌবে
[illegible] না ব্লারি কমাবু ।।

[illegible] খংলিদি
[illegible] ব্রাশকাশিং
[illegible] ওইহনখিবা
[illegible] বারিশিংদো ।।

খংনিংলবা লাংতক্লবে পুক্লিংসে
ভানিংলবা মাগী মপাওদো
[illegible] / থুংনা চৎপানিনা
[illegible] মাগী মপাওদো ।।

১৮/০৯/১৯৯১





১৮

## "মালংবা নঙনা তম্বীয়ুকো"

মালংবা নঙনা তম্বীয়ুকো
ঋারবা ইপাওসে ঐহাক্কী
নুংশিবা মাগী মকাদা
থম্মোয় লাইয়ুম য়ৌনবা ।।

ঙায়রমনি মানা খৌরাংনা
ইপাও কয়া ইফমদগী
মংলান্দা তোয়না উদুনা
থাপলবা লমদমদা মহাক্না ।।

নংদি কোয়না চৎপনি
য়ৌরমনি মফম কয়া
থেংনরমনি নুমিৎ খুদিংগী
তাইবং কনানা খংদ্রসু ।।



২১/০৯/১৯৯১



## ১৯

# "কাইনখ্রবগী তুংদা নোংমা ঐনা"

কায়নখ্রবগী তুংদা নোংমা ঐনা
থেংনখি মাবু লম্বীদুদা থাজদনা
কন্না চুবা নোংজুগী মরক্কুদা
মমি শামলুরবা মাগী শক্তমদো ।।

ইকায়না য়েংবা মাগী মিৎয়েংনা
অমুক্তং য়েংলমলগা লৈমায়দা লুকথখি
মহৌশানা ইকায়থিবী মাগী শক্তমদো
গুসিসু উরি ইমাংদা (মিৎমাংদা) তত্তনা ।।

কায়হনখি থম্মোয়সে মচেৎ থোক্লা
চীম্বাল থোক্লা ব্লারি শান্দ্রবসু
থম্মোয়নুংদদি ব্লাহং কয়া হংনখি
মাগা ঐগা করি মরিনো লৈনরিবসে ।।

২৭/০৯/১৯৯১





২০

## "শুক্লা মমনা পায়রিবা লৈচিলও"

শুক্লা মমনা পায়রিবা লৈচিলও
করম্বা অৱাবা নপাওবু পুরিবা
তমলোনে ঐঙোন্দা ৱারবা নপাওদো
ননিং তমনা পায়বদো ঙম্নবা ।।

হো লৈচিন মমলবা লৈচিল
ঐগীসু লৈনে অৱাবা কয়া নঙগুম্না
লিরগে লাক্লো ঙসিদি নফমদা
অৱাবা পুম্নসে কেক্লবা ঐগা ।।

করম্বা নঙগী লেপত্রবা রাখল্লনা
কদায় তম্না পায়গে খনলিবা
নঙগী পেন্দবসু লিবখো লাওনে
ঐগী অবন্দসু তাবখো লাওনে ।।

২৭/০৯/১৯৯১





২১

# "নুংশি মানা শমায় লৈখ্রবদা"

নুংশি মানা শমায় লৈখ্রবদা
মানা পিরম্বা খুদোলপোৎ কয়াসিনা
কৈদৌরুনি ঐগী থম্মোয় লকাদা
মৈচাক হেলহনবা নত্তুনা অহোয়নদুম ।।

নত্তে খুদোলপোৎ পামলুবা ঐনা
মাগী শেংলবা থম্মোয় অদুতনি
অদুবু পুম্নমক্তো তাইওন্নরে ঙসিদি
মানা ঐবু থাদোক্কুনা চৎখ্রবদা
মৈরিনুংদা চাকখ্রসনু, নুংশি খুদোলসে ।।

মানা ঐগীদমক লেপলবা মতমদুদা
মমল কাবনি নুংশি খুদোলসে
মহাক য়াওদ্র পুন্সিদা খুদোলসিনা
কৈদৌরুগনি থম্মোয় লায়মন ওইনবনি
নুংশি মৈচাক হেন্নবনি নীংশিংলগা ।।

২৯/০৯/১৯৯১





২২

## "মেরা থাগী সনারৈ"

মেরা থাগী সনারৈ
মেংনা শাৎপি মেরালৈ
নকুম থাবু য়ৌরদুনা
নঙনা মেংনা শাৎপরা ।।

নঙনা ফুগায়না শাৎলগা
নুংশিবা মাবু নীংশিংহনলি
হৌখ্রবা থৌদোক কয়ানা
ঐগী থম্মোয় কায়হনলি ।।

শকমিন্নখি ব্রাশক কয়া
সনারৈ নঙগী নখোংদা
তারমগনি ব্রারী কয়াদো
কুন্দো লৈরাং মহাকসু ।।

৩০/০৯/১৯৯১





## ২৩

## "অমুক্তা কপ্পা হৈরক্কুবা ঐসে"

অমুক্তা কপ্পা হৈরক্কুবা ঐসে
করিগী কপলী ঙসিদি হিক্লা
চিঙ্থরি পিরাংসু মিৎলুদা লেপ্তুনা
মসিবু করম্বা নুংশিগী মহাওনো ।।

শকলমই ব্রাশক নুংশিবী মানা
পুন্সি লৈপুন শেল্লসি হায়না
শাগৎখিবা অশা কয়া মাংখ্রবদা
তাহৌরে কায়না মৈরিদা পুন্সিসে ।।

চৎখরো নিংশিংবা নঙসু লাপ্না
শকলোন পুবি মহাকপু কাওথোক্লো
নিংশিংলনু অমুক পুন্সিদা মাবু
নুংশিবা খংদ্রবী অহেনবদা থিবীদো।

০১/১০/১৯৯১





## ২৪

# "নুংঙাইরি হায়বা তারমাল্লে"

নুংঙাইরি হায়বা তারমাল্লে
নুংঙাইরিবরা হংলবদি চান্নবীও
ব্রারবসু ব্রাই হায়ররোয়
নঙগী ব্রাহংগী পাওখুমদদি।।

নঙনা অসুম্না হংলকপসে
ঐগী পুক্লিংসে হরাওজৈ
নঙগী ব্রাহে অমদা
ব্রাখলসে স্বর্গ য়ৌইদো
নঙগী মিনোক অমনা
ব্রারুবা পুম্বসে কাওহনলি।।

তোয়না তোয়না হংলকউ
ঐগী থম্মোয়সে পেনজগে
নুমিৎ খুদিং উন্নসি
ব্রাখলসে অসুম নুংঙাইনবা
ব্রাহং কয়া হংলকউ
পাওখুম কয়াসু পিজগে।।

০১/১০/১৯৯১





# ২৫

## "তাইবংদা উন্নবা ফংদ্রসু"

তাইবংদা উন্নবা ফংদ্রসু
খোমলেন মংলান্দা উন্নসি
নুংশি ৱারি কয়া লিনসি
নুংশি থম্মোয় অনীগী ।।

নঙগী শক্তম নীংথিবী
য়েংজগে ইমিৎ পেন্না
নঙগী ৱাহৈ অমেংবা
তাজগে নাপ্পা চিক্লা
লাওনে অমুক্তং মংলান্দা ।।

করি পেন্দবা লৈদুনা
নঙনা তাইবংদা লোৎপনো
নুংশিববু নঙনা মীরাইহরগা
করি তোংজবা লৈবনো
নুংশি পাপ্পু কিদরা ? ।।

০১/১০/১৯৯১





২৬

## "ঙসিদি ঐখোয় কায়নরসি"

ঙসিদি ঐখোয় কায়নরসি
মতম মানা লোয়রবদা
তেল্লবা পুন্সি মিৎকুপ্তা
থেংনবা তাইবং মীওইবনি ।।

মতমনা লেপ্তনা চৎখ্রবদা
কনানা মাবু খামলুগনি
অহান্বা থেংনবা মতমদুদা
খনলুদে অমুক কায়নগনি ।।

লাক্লে মতমদো ঙসিদি
ঐখোয় ময়াম কায়নবগী
হরাও হরাও কায়নরসি
মতুংদা অমুক উন্নরসি ।।

০৪/১০/১৯৯১



## ২৭

# "করম্বা চাংয়েংনো নুংশিগী"

করম্বা চাংয়েংনো নুংশিগী
নঙনা পামলিবা চান্নবী
নুংশি চাংয়েং লোয়দ্রিবরা
ইংহনলো ঐগী থম্মোয়সে ।।

নঙবু নুংশিদ্রবা থম্মোয়সিনা
করিগী অমুক ব্বারুনি
নুংশি ব্বাখল খন্দুনা
অহিং নুংথিল অনিদা ।।

নুংশিবসে অরায়বা নত্তে
ইচেল কল্লা তোরৈনি
শহুম কল্লা নোংলৈনি
খংঙু নহাক্লা অসিমতংদি ।।



০৪/১০/১৯৯১

২৮

## "হায়নিংবা কয়া হায়হৌদনা"

হায়নিংবা কয়া হায়হৌদনা
তমনীংবা কয়া তমহৌদনা
কায়নখি নুমিত্তো নীংঙমদনা
মীয়াম মমাঙদা ওইখিবনা ।।

মিৎচিনদি হংনখি ব্রাহংশিং
খুমলকখি মানসু ইকায়না
মরু লৈদা লুকলদুনা
নুংশি ঈঙ্গিৎ পিরমলগা
ইকায় ইকায়না লাপথোক্লখি ।।

মাগী ব্রাহৈ তাজনিংনা
মীরক তালক য়েংলদুনা
হংজখি ব্রাহং অমখক
পাওখুম পিরমবা নংদনা
মাগা ঐগা লাপনখি ।।

০৬/১০/১৯৯১



## ২৯

# "খুদোল কয়ানি পুখিবা"

খুদোল কয়ানি পুখিবা
ঐনা চৎপা খুদিংদা
নুংশিবা মাগী মফমদা
কায়নদ্রিঙৈ মাগা ঐগা ॥

খনলুদে ঐদি নোংমত
মাগী থম্মোয়না তমথিনি
অইংবা লাইজগুম খনলুবা
শারবা মৈশা ওইরম্লে ॥

অপংবা থম্মোয় ওইরুবা
ব্রাজহৌরে ইদোম তুমিন
নুজা থম্মোয় থাজরুবা
অব্রা ইপাক্তা তাহৌরে ॥

০৬/১০/১৯৯১





৩০

## "ইকায়জবা কয়ানি পুন্সিসিদা"

ইকায়জবা কয়ানি পুন্সিসিদা
নুজা ওইবী মহৌশানা
থম্মোয় ইথক হৌরক্লে
নুংশিবা নঙগী ব্রাখলদা ।।

ফোংজনিংবা ব্রাহে কয়া
ফোংদোকপদি ঙমজদে ঐনা
নুংশিবা নঙগী নফমদা
য়াব্রা অসে কাংজদুনা
নুজা মপোক ওইরুবনা ।।

হায়ফম তৌফম খংদনা
ইদোম তুমিন ব্রাজেদো
পুক্লিং অসে খোইরাংই
ফোংলগে খন্বা মিৎকুপ্তা
শোল্লবা ঐগী থম্মোয়সিনা

০৬/১০/১৯৯১





## ৩১

# "ঙরাং ঐগী মংলান্দা"

ঙরাং ঐগী মংলান্দা
মতম অমগী কায়নখ্রবীদো
লাক্লমই ইনাক্তা তুমিন্না
ৱারী কয়াসু লিরমই।।

হংলম্মী মানা নুংঙাইতনা
পেন্দবা লৈবরা হায়দুনা
লৈতাদ্রবা ঐগী পুন্সিসে
থেমজিনলম্মী নুংশি ৱাহৈনা।।

থেংলবা অহিংগী মমৈদা
চংখরে মাদি তাক্লমদনা
ইদোম মৈচাক খাংহৌরে
মংলান মানা লোয়রবদা।।

০৬/১০/১৯৯১





৩২

# "ঐগী পুন্সিসে ঙসিদি"

ঐগী পুন্সিসে ঙসিদি
হিংবগী মহাও য়াওদরে
হিংলুবগী অর্থসু লৈতরে
তুহৎপিরবা ঙসিগী সমাজসিদা ।।

শগল নাম্মা তেক্লবা
চেক্লাগা পাংখক ওইরবা
ঐগী থৱায় অত্মানি
উবিবা কনাসু য়াওদ্রবা ।।

তাবিখিদে মখোয়না হায়জবা
অহোয়নদুম লকনবিরেনে ঐবু
পাংদ্রবা ইতৌবু য়েংলগা
মিনুংশি লৈত্রবা মীয়ামসিনা ।।

০৮/১০/১৯৯১





৩৩

## "নুমিৎ খুদিং পায়রক্লমবা"

নুমিৎ খুদিং পায়রক্লমবা
ঐগী থম্মোয় চেক্লাদো
পাইরকখিদরে ঙসিদি (থেংলবফাওসিদা)
করম্বা অৱাবা তারবরনে।।

চেক্লা পাঙ্গল শোনজবীদো
মাগী লম্বী লম্মাখাংদা
শাদাম্বা কনানা ফাখ্রবরা
শারং মনুংদবু চনখ্রবরা।।

কোরৌ নুমিৎনা তাদ্রিঙৈ
হনলক্লো লাক্লো চেক্লাও
নঙবু ঙাইবদা চোকথরেনে
তুফাং খপ্না পাইরকক্লোনে।।

০৮/১০/১৯৯১





## ৩৪

# "হায়নবদায়নে বসন্ত ঋতুসে"

হায়নবদায়নে বসন্ত ঋতুসে
নুংওনবা ঋতুনি মহৌশানা
শাবী শানৌ অনীগী
কবি কয়ানা শৈথাবা।।

মহাক য়াওদ্রবা ঐঙোন্দদি
বসন্ত কয়া লাক্লবসু
নাকেন থানি পুন্সিদা
থাজ থোক্লবা অহিংনি।

অদুঙৈ য়াওশঙ থাবলদা
মাগা ঐগা চোংমিন্নখিবা
থম্মোয়গী ৱারি লিনখিবদো
ঙসিদি কৈদা চৎখ্রবনো।।

০৮/১০/১৯৯১





## ৩৫

## “কাওখিনুকো চান্নবী নঙনা”

কাওখিনুকো চান্নবী নঙনা
চৎখ্রবসু লাপ্পা মীরমদুদা
লৈহৌরি হায়বসে নঙগীদমক
ৱাজরবা থম্মোয় অমখক ।।

নঙদি থৱায়গীসু থৱায়নি
নুংশিনা থমজবনি থম্মোয়নুংদা
থৱায় ওইবী নঙনা
ঐবু মীরায়বীরমবা থোক্লবা
করম্না মৈচাকসে খাংহৌনি ।।

পুন্সিগী খোংচৎ তুংইন্না
নঙনা মীরমদা লৈখ্রবসু
ঐনদি নঙবু নীংশিংলমগে
মতম খরা কায়নবসে
নুংশিগী চাংয়েংনি খল্লগেকো ।।

১০/১০/১৯৯১





৩৬

# "থাজ মাবু য়েংলদুনা"

থাজ মাবু য়েংলদুনা
নঙনা ইনাক্তা ফমলিঁঙে
ৱারি কয়ানি লিনখিবা
নুংশি থম্মোয় অনীনা ।।

থম্মোয় কিশি থোক্লদুনা
ৱারি শিংবুল লিনবদা
চোকথরবা নঙগী মিস্নাদুনা
খোমলেন তুংখুল তানখ্রবদা
নঙবু নুংশিনা শেন্নজখি (ঐনা) ।।

থাবলগী মঙাল মেংলবনা
নঙগী হকচাংদা য়ৈরকপা
মালংগী লিরি শহুন্না
শমলাংবু তত্তনা হুমলকপদা
কয়াগী মতিক ফজরিবা ।।

১০/১০/১৯৯১





## ৩৭

# "অঙাওবনি ঐসে হায়বিনু অদুম্মা"

অঙাওবনি ঐসে হায়বিনু অদুম্মা
নঙবু নুংশিজবা ঐহাকপু অদুম্মা
হায়বদি য়াই ঐসে নঙনা
নঙগী ৱাখলদা লুপলবনি, ঙাওরবনি ।।

য়েংউনে জৌবনগী পুক্সিসে মহৌশানা
নুংশি নুংওন্না ইথন- থনবনি
ঐগী থম্মোয় লকাদসু য়েংউ
নঙগী নুংশি ৱাখলনা থল্লে
মৈরি চুরে লকা খুদিং ।।

নঙগী থম্মোয় লাইজদুনি পাল্লিবা
মৈচাকসে মুৎন্নবা লকা খুদিংদা
নঙগী ইংলবা নুংশি ইরিক্লা
ইংহনলোনে ঐগী পুক্লিং হকচাংসে
অঙাওবনি হায়না হায়দনবা নঙনা ।।

১১/১০/১৯৯১





৩৮

## "ঙসিদি ঐগী পুক্লিং লৈকোলসে"

ঙসিদি ঐগী পুক্লিং লৈকোলসে
ইহাং হাংলে লৈরাং শাত্তরে
থত্তুনা পুখ্রবদা লৈখোক খুদিংদগী
নুংশি হৈত্রবা মাগী থম্মোয়না ।।

থদৎপিরম্লবা লৈরাং লৈখোকশিংনি ঐগী
চোয়না তারবা লৈরাং লৈনাশিংনি
নৌনা লৈশাৎ তমনি থাজদ্রবা
তমথিবা নোংলৈ নংলবা লৈকোলনি ।।

পুক্লিং হুবা লৈনমসু নমলরোয়
লৈকাদা অমুক খোয়মুসু ঙংলরোয়
শিন্থরিবসে নত্তনা লৈখোক্তগী পিরাং
চোংগনি থাজদ্রে অনৌবা লৈয়োল ।।

১১/১০/১৯৯১





৩৯

# "ঐগী ৱাখল অতীয়াদা"

ঐগী ৱাখল অতীয়াদা
ঙাল্লম্বা থাজ ওইবীদো
অমংবা নোংগী মপৈনা
খনজিনখরে মাগী শক্তম ।।

থাজ মাবু য়েংজদুনা
পোৎথারম্বা ঐগী পুন্সি
মফম খংদ কণ্ডাওনরে
থাজ মহাক উদ্রবদা
থম্মোয় অসে কায়হৌরে ।।

করম্বা কায়নবৈ চৈথেংনো
ঙসি ঐনা ফংলিবা
মতিক চাদ্রে খন্দুনা
শমায় লৈগে খনখ্রবরা
থাজ করি মতৌনো ।।

১১/১০/১৯৯১





৪০

# “হে পাম্মুবা চান্নবা”

হে পাম্মুবা চান্নবা
করম্বা য়াব্রানো তাকপিরিবা
নঙগী পুকচেল কনমল্লী
নুংশিববু অদুক মীরায়বীবদি ।।

করম্বা নঙগী পুকচেলনো
থম্মোয়বু মরাল শিবদি
নুংশি পাপ্পু পুজনি
শমায় লৈগে খনলিদো ।।

চৎখিনু নঙনা ইফমদগী
ঙমলোয় ঐদি কায়নবা
পিরাং পিরোয়নবসু পামজদে
নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীযুনে ।।

১২/১০/১৯৯১





## ৪১

# “পুনখরে থম্মোয়সে চেৎনা”

পুনখরে থম্মোয়সে চেৎনা
নঙগী নুংশি থৌরিনা
হেন্দোকপা ঙমদরে ঐসে
নুংশিবা নঙগী ননাক্তগী ॥

মশক উবা ফংদ্রবা
ময়াগী কুপ্পবা লংলানি
থম্মোয় পুন্নবা থৌরিনি
থম্মোয় ফাবা থৌরিনি
নুংশি কিশি থৌরিনি ॥

তান্না তান্নগা চেৎশিনবা
নুংশিবা নঙগী ৱাখলদা
অয়ুক নুমিদাং নাইদনা
নঙগী ৱাখল খন্দুনা
ননাক্তা অসুম পুনশিনলি ॥

১২/১০/১৯৯১





## ৪২

## “ঙসি লমতাগী পুর্নিমাসিনা”

ঙসি লমতাগী পুর্নিমাসিনা
থম্মোয়বু মচেৎ তাহনলে
নিংশিহন্দুনা অমুক তামখ্রবীদো
ব্বারী কয়াগা লোয়ন্না ।।

চৎখিবনি নুমিত্তো মনাক্তুদা
ইপাও কয়া পুরদুনা
তাবিখি মানাসু ব্বারিশিংদো
ইনাক্তা নিংঙাইদা ফমদুনা
কায়ননি হায়বা খনলুদনা ।।

অরেম্বা তাহৌরে ব্বারিশিংদো
তামখ্রবদা মানা ইফমদগী
পুর্নিমা থাজসে য়েক্লহনলে
ময়েক শেংহৌদ্রবা নুংশিবনা
কুমজা খুদিংনা লাকপদা ।।

১২/১০/১৯৯১





## ৪৩

## "নুজা নঙগী থম্মোয়বু"

নুজা নঙগী থম্মোয়বু
খংদবনা পাখং ঐনা
য়াব্রা কয়াসে কাংলুরে
নঙবু নুংশি হায়রুরে
থম্মোয় ইথিল তুংইন্না ।।

জৌবনগী অহানবা মতমদা
নঙবু উরুবা মিংকুপ্পা
ইথক হৌর ব্রাখলনা
নুজা নঙবু পামলুরে (খোয়দারুরে) ।

করম্বা মতমনো পান্নিবা
নুংশি মমল কাহনবরা
মতম চাদ্রি হায়বদি
ইরাল শিগে খনবরা ।।

১৩/১০/১৯৯১





## ৪৪

# "ঐগী থম্মোয়দা য়োকচরম্বী"

ঐগী থম্মোয়দা য়োকচরম্বী
পাঙ্গল শোল্লবী চেক্লাদো
চীংলোন লান্না পাইখরে
হন্না অমুক য়েংলমদনা ।।

চেক্লা মানা পাইখিদ্রিঙৈ
হায়নিংলম্বা ইপাও কয়া
হায়হৌদা ইদোম লৈহৌরে
থম্মোয়দা মৈচাক ফুমলদুনা ।।

হো চেক্লাও নুংশিরবী
মসিমতং তাখো নঙনা (চেক্লা)
নঙনা পাইরিবা মায়কৈদো
কল্লক মিহৌ চাওবনি
হৈনা শিংনা পাইযুকো ।।

১৩/১০/১৯৯১







## ৪৫

## "ঙায়রি ঐনা ঙসি"

ঙায়রি ঐনা ঙসি
পুন্সিগী খোংলোয় অমবু
লাক্কনি হায়রম্বা মফমসিদা
নুংশি মায়কৈ য়েংলদুনা ।।

কোরৌ নুমিৎনা তাদ্রিঙৈ
লাক্কনি হায়রম্মী মহাক্না
লম্বীগী চিদায় অসিদা
ঙায়রম্মু হায়রম্মী ঐহাকপু ।।

করম্বা খুদোং চাদ্রদুনা
থেংলবা মতম ওইরফাওদা
করিগী লাক্লীবা মহাক্না
খনলুবদা ৱারেনে ৱাখলসে ।।

১৩/১০/১৯৯১





৪৬

## "ইমা ইমা মৈতৈ ইমা"

ইমা ইমা মৈতৈ ইমা
ফনেক খোংদায় শেৎলদুনা
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক্লদুনা
পোৎফম মাংদা থারিবিও
অখাং কনবী ইমাও ।।

তরা চিন্দম তানবদা
অৱাবা কোঙ্গায় খাংলিবি
নোংজু নুংশা থিদনা
পুন্সি শিন্থা পাংলিবী
নঙসে শেংলবা ইমানিনে ।।

নিংথমগী উনল্লেন নাচুংদা
ইংলসু নঙগী হকচাংনা
তনিক তনিক খাংদুনা
তরেৎ শেঙ্গা তানলিবী
নঙদি ঐখোয়গী ইমানিনে ।।

১৪/১০/১৯৯১





# ৪৭

## "নুমিদাংৱাইরমগী অশংবা নোংজাবিসিনা"

নুমিদাংৱাইরমগী অশংবা নোংজাবিসিনা
ঐবু কপহনলে ঐবু ঙাওহনলে
নোং মংদনা বজ তাবগুল্লে
নিংশিংহন্দুনা কাইনখ্রবী মাবু ৱাখলসিদা ।।

লাপ্নখ্রবী মাগী শংবান্নবা ফিজোলশিংদো
উহনলে ঙসিদি নৌহৌনা মিৎমাংদা
মোমোন্তা নোককনবী মিনোক্কুগা লোয়ননা
তত্তনা কৌরিনে মানা ঐবু ।।

নিংঙমলক্কেনে ঐগী থম্মোয়সে ঙসিদি
করিগী অদুক থিনা হায়রুবা
অপংবী মঙোন্দা মরান পিরুবা
(মহৌশানা) লক্লগনবী মতৌনি করিগী কাওরুবা ।।

১৪/১০/১৯৯১





## ৪৮

# "লমদা থাসে য়ৌরক্লে"

লমদা থাসে য়ৌরক্লে
ফাইরেন থানা লোয়শ্রবদা
কুমগী য়াওশং কুন্দ্রোসু
হরাও হরাও থুংলনি ।।

য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা
হরিগী কোলোয় শক্লনি
লম্বী সরক খুদিংসু
মচু কয়ানা তিল্লনি
হরাও মীনোক্লা নিল্লনি ।।

লৈরক কোম্সাং পুম্বদা
শাবী শানৌ কয়াসু
শিংজু বোরা চাররনি
খুংকা খুংকা শমন্দুনা
য়াওশঙ থাবল চোংমিন্নরনি

১৪/১০/১৯৯১





## ৪৯

## "ঐগী পুন্সিগী অয়ুক্তা"

ঐগী পুন্সিগী অয়ুক্তা
খোংলম্মী কোকিল অমনা
পুক্লিং উপালদা তোংলদুনা
কুউ- কুউ খোঞ্জেলনা ।।

মাগী নুংশিরবা শুরদা
ৱাখল জগোয় শাজখি
তালগী তাম্বা তুংইন্না
ৱাখল ইথক হৌহনখি ।।

নিংথিরবা মাগী খোঞ্জেল
ওসিদি অমুক তাখিদরে
ৱাখল অসে লম্মুক্লরে
নুংশি লম্বী লম্মখাংদা ।।

১৫/১০/১৯৯১





৫০

## "খংলমলোয় নুংশিবসে ঐনা"

খংলমলোয় নুংশিবসে ঐনা
কায়নরমদ্রবা মাগা ঐগা
কায়না মৈশা ফংলগা
নুংশিবা মশক খংলক্লে ।।

হৌখিবা থৌদোক কয়াগী
নুংশি ব্রারী পরৈশিং
ময়েক হেন্না শেংলক্লে
কায়নরবা তুংসিদা ঙসিদি ।।

কায়নদনা লোয়খিবা নুংশিবা
নুংশিবগী অর্থ খংলমলোয়
কায়নবা ফংলগা নুংশিবসে
মশক মুন্না খংলকই।



১৫/১০/১৯৯১



৫১

## "উইশিল্লু য়াদরে মিং অসে"

উইশিল্লু য়াদরে মিং অসে
ঙসি থেংলবা অহিং অসিদা
ৱাখলগী ইথক কয়া অমনা
তত্তুনা ঐবু অৱাবা পিররে।।

মাগী বীদায়গী কল্লবা ৱাহৈদো
নীংশিংদুনা অসুম লৈরেনে অহিংসিদা
ৱারবা ৱাখলসে, লৈতাফম খংদরে
মসিবু করম্বা নুংশিরুবগী মহৈনো।।

মাদি খংলমলোয় ঐনা ৱারিবসে
মীনুংশি খংদ্রবী থম্মোয় পানবীনিনা
অহেনবদা থীবা পামদুনা চৎপ্রবনি
ইথন্নতা মৈচাকসে খাংদুনা লৈহৌবনি।।

১৭/১০/১৯৯১





৫২

## "করম্বা নঙগী পেন্দবা ৱাখলনা"

করম্বা নঙগী পেন্দবা ৱাখলনা
নঙনা ঐবু ইম্থোক্কে খনলিবা
পাওখুম অসিমত্তং পিরম্মু নংনা
নুংশিবসে ফাগি য়াবরা হায়য়ুনে।।

নঙবু থাজরুবা ঐগী থম্মোয়সে
তুমিন্না কপ্পা হৌরক্কে ঙসিদি
নঙনা অসুম্না ঐবু ৱাহনবসিনা
থম্মোয়দা তত্তনা চৈনা পীরদুনা।।

খংউকো চান্নবী নঙনা মসিমতং
নুংশিরুবসে ঐতগী ইরান নত্তেকো
নঙগীসু শরুক চাওনা য়াওরিবনি
নঙসু নোংমদি মৈচাকসে ফংজগনি।।

১৮/১০/১৯৯১





৫৩

# "কাইনরসি মতম খরগী ইবান্নী"

কাইনরসি মতম খরগী ইবান্নী
শাওরনু চান্নবী নঙনা ঐবু
তৈথোক্লো পিরাংদো থোৎলবা খুৎশাদুনা।

লেল্লম্মু নঙনা হবাও হবাওনা
ঐনা মীরমদা লৈখ্রিঙৈ মতমদা
নঙনা হরাও তয়াম্না লৈহৌবদো
ঐগী থম্মোয়না পেঞ্জবা ওইরগে।।

উন্নবা ফংদ্রসু থারক্কে ইপাওদি
হংলক্কে করম লেল্লি হায়না
কপলনু অমুক ইখোংসে থাংঙমদরে
হরাও মীনোক তমলোনে চান্নবী।।

১৮/১০/১৯৯১





## ৫৪

# "অঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা, অমুবা"

অঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা, অমুবা
মচুশিংদুগী মরক্তা করম্বা মচুনো
ঐগী চান্নবীনা পাল্লিবা খংবরা ।।

ঐদি খঙহৌই মাগী অপাম্বা
নখোযদি খংলোযনে মাগী মচুদো
তাহৌই ইনাশিনা মাগী পামজবা
মচিলমক্ক' হাযবম্বা অশংবা মচুনি ।।

চুম্লমাল্লে ঙসিদি মাগী মচুদো
অশংর্বান হাযবম্বা পামজবা মচুদো
শেংখির্বান মানা অশংবা ফিজোলদো
অশংবদা পাম্বী শংবান্নবী মহাক্লা ।।

অদুনা ওইবমাল্লে মাগী পুকচেলনা
অনৌবা অশংবতা থিদুনা ওনলিবা
নুংশিবা থম্মোযবু কাওথোকপা ঙম্লিবা
অশংবা অনৌবীদা পাম্বীদো চুম্লেনে ।।

১৮/১০/১৯৯১





৫৫

# "মতম কুইনা ঙাইরুরবা মপাও"

মতম কুইনা ঙাইরুববা মপাও
তাবে ফংলে মাগী মপাও
থাপলবা লমদমসিদা ঙসিদি ঐনা ।।

ইংহনলে থম্মোযসে চান্নবী মানা
থাবক্লিবা মপাওসে অসুম খনলুবগা
হিংবগী মহা ও লৈহনলে পুন্সিসে
থাপলবা মীবমগী চিক্লবা মফমসিদা ।।

ৗখ্রবা পুন্সিগী ব্রাবী কযাবু
ৗ ইনা ংশিংহনলে মাগী মপাওনা
নুংশিবসে হেনলক্লে থাপলা থাপলগা
থংলক্লে থম্মোযনা অশেংবা নুংশিবসে ।।

১৮/১০/১৯৯১





৫৬

## "নুংশিবা হৌরমবসু নহাক্লি"

নুংশিবা হৌরমবসু নহাক্লি
কায়নবা হৌরমবসু নহাক্লি ।।

নঙগী মেংল য়াৱাদুনা
থম্মোয় কিশি কিখিবনি
মেংল য়াৱা থাজরুবা
অৱা মৈশা লাংহৌরে ।।

নুংশি নতাৎ তৌবিদুনা
নুংশি মিৎয়েং উৎলমলগা
থম্মোয়বু মৈশা লাংহনবদি
করম্বা পুকচেল কৌবগেনে ।।

অহেনবা কনাবু থিদুনা
থম্মোয় অমনা ৱাহনলগা
থম্মোয় অমবু থেম্লগেরা
নুংশিবা মশক খংদবরা ।।

১৯/১০/১৯৯১





৫৭

# "হিংলি হায়বদং ঙাইরমাল্লে"

হিংলি হায়বদং ঙাইরমাল্লে
ঐগী হকচাং পোলাংসে
হিংবগী নুংঙাইবা অদুদি
ইনাক্তগী থাপ্লা লৈশ্রমাল্লে।।

পুন্সিগী অঙম্বা অয়ুক্তা
থম্মোয় অশাগী ময়োলশিং
তমথিবা মাগী পুকচেলনা
নুংশি হৈতবা মওংদা
চোংলকপগা হেক্তা থদৎপিখরে।।

নাকেনথা ওইরবা পুন্সিসিনা
অশাগী ময়োলসু চোংদ্রবদা
হিংলুবগী করি কান্নখিনি
য়েংনিং থাসু লাক্লরোয়
নুংশি মানা তামখ্রবদা।।

১৯/১০/১৯৯১





## ৫৮

# "ঙসিদি লোক্তাক খোংবালসে"

ঙসিদি লোক্তাক খোংবালসে
কয়াদা পুক্লিং নুংশিরবা
মতমদুগী ৱারী নীংশিংলুরগা
কয়াদা থম্মোয়সে কায়রিবা।।

উখিদরে পাৎকী থরো
চোংখিদরে হৈক্ক য়েল্লী
মাংশিনলক্লে লেমলৈ ঙাসু
ইচেলসু কায়রে মান্নদরে
মহৌশাগুম ফজবদো ওইদরে।

পাত্তা তাবা চেক্লাশিংসু
মোমোন মীনোক তমদরে
শাবী শানৌ কয়াসু
থরো থমচেৎ হেক্লদরে
অদুঙৈগী ফজবদো উদরেনে।।

১৯/১০/১৯৯১





## ৫৯

## "ঙাইরি ঙসি ঐনা মাবু"

ঙাইরি ঙসি ঐনা মাবু
অরোয়বা বিদায় পিরগে হায়না
লম্বী ময়াসিদা লাকপদো ঙাইদুনা ।।

লাক্লনি মাদি দোলায় মথক্তা
চীং- লেম্না, মতাশিংনা তুংইন্না
হন্না য়েংলমলরোয় ঐবুদি মানা
ঐনতা মাবু য়েংজহৌবা নত্তনা ।।

খংলমলোয় মানদি বিদায়সে ঐগী
চৎখিনি য়েংলমদা দোলায় মথক্তা
ইদোম তুমিন্না নিংঙমদনা য়েংদুনা
থম্মোয়না বিদায় পিখিবা নত্তনা ।।

২১/১০/১৯৯১





# "শকখিনি ঈশৈ কয়া"

শকখিনি ঈশৈ কয়া
ঐগী পুন্সিনা হিংলিঙৈ
অৱাবা ইপাওসে তমলদুনা
অহিং নুংথিল নাইদনা ।।

অহেনবা কনাবু উরুরগা
শমায় লৈদুনা চংখিবদি
মদুবু নুংশিবগী খুদমলা
ইমাংদা নুংশিবা শারম্বদো
অশেংবা নুংশিবা কৌশিরনে ।।

নঙনা ঙসিদি ঐহাকসে
শ্বুরগী ইপাক্তা লংথরল্লে
ঈশৈগী ময়েকসু পিরল্লে
ৱারবা থম্মোয়সে পোৎথানবা
নুংশিগী মমলসু খংল্লবা ।।

২১/১০/১৯৯১





৬১

## "ঙসিগী মালেম লৈকোলসে"

ঙসিগী মালেম লৈকোলসে
তমথিবা শাজৎনা লাকশিনলক্লে
মিনুংশি য়াওদ্রবা শারমচৎনা
শিনখরে মফম খুদিংদা ।।

মীনা মীবু চারক্লে
ঈনা ঈবু থক্লক্লে
তাইওন্নরে তাইবং পথাপ
লৈই খোয়না চিংলক্লে ।।

তাইবং ব্রায়েল কাতিসু
নুংশিৎ মায়য়োলদা য়েনখ্রমাল্লে
য়োংনা তলবু য়েনবগুম
মায়কৈ অনীদৈ চারমাল্লে ।।

অমুবা ফিজংগী মরুমদা
অচুম্বসু কিদুনা লোৎখ্রমাল্লে
মিচং শঙ্গা লৈত্রবদি
অচুমবসু লানবা তারেদো ।।

২২/১০/১৯৯১





# ৬২

## "নিংখায়দৌরে মালেমগী য়ুম্বীশিংসে"

নিংখায়দৌরে মালেমগী য়ুম্বীশিংসে
তমথিরা মহিক্লা চিকলক্লে
মফম খুদিংদা শিনখরে ।।

মপাঙ্গল য়াওদ্রে পুম্নমক
তুরোয় ঙামলোয় লেপলেনে
ব্রানা খাংলে য়ুম্বীশিং
মনম পোল্লা খাংলেনে ।।

থোরক্লো লাক্লো ইচিল - ইনাওশা
কলহৌসি ঐখোয়গী য়ুম্বীসে
ইথৌনি খন্দুনা খুৎশমন্না
মুৎখিদনবা খুনায়গী য়ুম্বীশিংসে ।।

২২/১০/১৯৯১





# “কনাগুম্বী অমগী মিৎয়েংনা”

কনাগুম্বী অমগী মিৎয়েংনা
হনজিন হনজিন কয়ারক
নঙোন্দা তোয়না য়েংলক্লবদি
নঙগী থম্মোয়দো করম তৌনি ॥

মাগী মিৎস্না তথকপীদো
লৈকায় কোয়গনবী মিৎয়েংদো
নুংশি মিয়েং ওইরম্লবা
পাওখুম হন্বা ঙমগদরা
চম্লবা নঙগী থম্মোয়না ॥

মাগী মিৎয়েংনা নুংশিরসু
পাওখুম হন্বা হৈত্রবদি
নুপা থোকপা ঙমহৌদ্রবা
মদোম অরেম্বা তাখিনি
চিন্নদা লৈরাং কেনবগুম ॥

২২/১০/১৯৯১





## ৬৪

# "পাইরিবা উরোক্কী পরেংশিংসে"

পাইরিবা উরোক্কী পরেংশিংসে
উরগা ৱাখলসে লৈতাদরে
জুরা জুরা মনিংতম্লা
শান্নদুনা পায়মিন্নবসে কল্লকইদা ।।

অদুগৈ ঐসু মাগা
মোমোন মিনোক তমমিন্না
পুক্লিং ৱাখল অমত্তা ওই
চীংযা তময়াদা কোয়মিন্নখিবদো
নীংশিংলকই উবগা মখোযবু ।।

হাদা উরোকও চেক্লাও
ঐসু পায়নিংই নখোয়গুম্লা
চান্নবী মহাক্কা তুফাং খপ্লা
অদুবু কদায় ঙসিদি
মহাক্কী মপাওসু তাখিদরেনে ।।

২২/১০/১৯৯১





৬৫

# "ৱাংনা পায়রিবা চেক্লাশা"

ৱাংনা পায়রিবা চেক্লাশা
নখোয়না চীংলোন ৱাংমদা
করিগুম্বা লান্দুনা পায়রবদি
ইপাওসিমত্তং তমবিরম্মুনে চান্নবীদা ।।

নখোয়না হনলকপা ঙাইরমগেকো
চেং- হৱায় থাবিরমগে
চান্নবী মাদো নুংঙায়রিবরা
হংলকই হায়না তম্বীরম্মু
থাপ্লবা চীংলোনগী ৱাংমদুদা ।।

খংলকউ নখোয়না মহাক্কীসু
অৱা- নুংঙাইগী ৱারিশিংদো
মপাওদো তারগা পেঞ্জগেনে
উন্নদ্রবসু মতম কয়াসে
নুংঙায়জগে মপাওদুগী মংলান্দা ।।

২২/১০/১৯৯১





## ৬৬

# "খুঙ্গংদা শাৎচবী লৈরাংনি"

খুঙ্গংদা শাৎচবী লৈরাংনি
তাইবংগী শহুম ফংদনা
মদোম লৈশাৎ তমজবীনি
নৈহৎপিনু মাবু নুংশিহৈতনা ।।

লৈরাং লৈশক হেনদ্রসু
লৈগী লৈনমদি চেম্বনি
খুঙ্গংদা শাৎচবী ওইরসু
মাগীসু থম্মোয়দি পাম্বনি ।।

চেকশিন্না থম্বীয়ু মহাকপু
মীপাই চাওবী লৈরাংনি
শেমবীয়ু গন্নাগী লৈতেংগুম
হেনগনি মাগীসু ফজবা ।।

২৩/১০/১৯৯১





## ৬৭

## "থাবল মেরাগী থাবল"

থাবল মেরাগী থাবল
থোক্লনু নহাক ইমাংসিদা
কায়রবা থম্মোয়সে লক্লরনু ।।

মিংলু পিরাং ইহৌরক্লে
থাজ নঙবু উরুরগা
নুংশিবী মাবু নীংশিংলেনে
নঙালক্তা নুংশি পাওমেন্নখিবদো
কাওঙমদরে নঙবু উরগা ।।

হে অমংবা নোংগী মপৈও
পুখরো নঙনা থাজসে
ঐগী মিংয়েং ৱাংমদগী
পুক্সিগী ওইনা উদনবা
মৈচাক খুদিংসে কাওন্নবা ।।

২৪/১০/১৯৯১





৬৮

## "থোরক্লে মেরাগী থাবলসে"

থোরক্লে মেরাগী থাবলসে
লৈরাং থাবললৈ শাৎকায়রে
নীঙোল ওইবী ঐহাক্তী
থম্মোয় লকা নুংওনলে ।।

পুন্থৌগী শুমাং মতোন্দা
ইতা মালিকা লৈরাংসু
লৈকা খুদিং শাৎকায়রে
থম্মোয়দা লৈনম য়েনলক্লে ।।

নুংজাগী পুক্লিং লৈতাদরে
নুংশিবা মাগী ৱাখলদা
অহিং অসে পাম্মুজেনে
নুংশিবা মাবু উনিংবনা ।।

২৪/১০/১৯৯১





৬১

## "থাজ মাবু য়েংলদুনা"

থাজ মাবু য়েংলদুনা
ফমলি ঐনা লৈকোলসিদা
অশি লমদম য়ৌখ্রবী
চান্নবী মাবু নীংশিংলদুনা ।।

ঙরাং ঐগী মংলান্দা
ঐগী থম্মোয়গী চান্নবীদো
অঙৌবা ফিজোল শেংলদুনা
উরম্মী চিক্লবা মফমসিদা
করি হায়নিংবা লৈবনোনে ।।

তমনিংবা মপাওসু তমলমদা
হায়নিংবা কয়াসু হায়রমদা
চৎখি মানা নীংঙমদনা
অদুঙৈ কায়নরমদায় মতমদুদা
চিংনা য়েংবা মিৎয়েংনা ।।

২৪/১০/১৯৯১





৭০

## "ইম্ফাল তুরেল পুকফবী"

ইম্ফাল তুরেল পুকফবী
ইচেল তপ্পী নুংশিরবী
জাতি কয়াবু য়োকলিবী
নঙসে কয়াদা নুংশিরিবা ।।

নঙনা ৱাংলা চীংমায়দগী
তম্পাক তম্না চেন্থরক্তুনা
মীওই জাতি কয়াবু
অরাম খৌরাংবা কোক্লহনলি ।।

জাতি কয়ানা খুন্দারিবা
মান্নদ্রবা লমদমশিং ফাওদুনা
নঙনা চৎলি অহিং নুংথিল
য়েল্লী শাস্ত্রীগী ইরিক কয়াবু ।।

২৭/১০/১৯৯১



৭১

## "মমশিনলক্লে মায়কৈ মরিমক"

মমশিনলক্লে মায়কৈ মরিমক
তুংওইনরল্লে অঙাম্বা ঙম্নমক
শান্তি পাওজেল কদায়দনো
লোংলবরা নঙসু কিরদুনা॥

অচুম্বা হায়বদো কৈদনোনে
অরাম্বনা মথি ফোংলক্লে
মপুনা মিনায় ওইরক্লে
মিনায়না মপু শারক্লে
পুমহোং হোংলে তাইবংসে॥

অচুম্বা পাম্বা কয়াবু
মচিন মেন্দুনা থমবিরে
ঙহাক্কী অঙম্বা তান্নবদা
খংনদরে মপা মচা
মচিন মনাও থিনরক্ত্রে॥

২৭/১০/১৯৯১





৭২

## "ইঙা থাসে য়ৌরক্লে"

ইঙা থাসে য়ৌরক্লে
নোংজু মপাও পুরদুনা
অমৃটা খুজোক লোয়নদুনা
তাইবং পুম্ববু য়োক্লনবা ।।

নোংবু ঝানা ঙায়জরকপা
নোঙ্গৌবী চেক্লানা নুংঙাইবগুম
লৌরাং শুবা লৌমিশিংসু
হরাও মোমোন তমলেদো
কুমগী নোংনা লাকপদা ।।

কালেন নুংশানা য়েরুরবা
উপাল ঝাপাল খুদিংসু
ইঙাগী নোংনা য়েরকপদা
নৌনা ময়োল চোংলক্লে
অনৌবা য়েন্নিং হুনলক্লে ।।

২৮/১০/১৯৯১





## ৭৩

## "ঐগী য়াৱা অমদি"

ঐগী য়াৱা অমদি
নঙনা পাওখুম পীরমখিদরে
চিম্বালনদি মোমোন্তা নোক্লমলগা
নদোম তুমিন্না চৎখরে।।

লাকখিবনি ঐনা পাওখুমদুগী
নঙগী ননাক্তা নুমিত্তো
তার্বদি তাখি নহাকসু
ঐগী ৱাহং কয়াদো
অদুবু পাওখুমদি ফংখিদে।।

ঙায়রি ঙসিসু খৌরাংনা
নঙগী পাওখুমতবু ঐহাক্না
পুন্সিগী মরুপ্পী খঞ্জরুদুনা
পেনদবা কয়া লৈরবসু
নীংশিংদুনা হৌখ্রবা ৱারিশিংদো।।

২৮/১০/১৯৯১





৭৪

# “করিগী ফাওদনি নুংশিবসে ঐঙোন্দসু”

করিগী ফাওদনি নুংশিবসে ঐঙোন্দসু
লাইরবা পুন্সি ওইখিবনা
ফোংঙমদরে য়াব্রাসে নুংশিবী নঙোন্দা
নুংশি হায়না ইচিলনা ।।

কনানো জৌবন মতমদা
নুংশি ইহুল ফাওরোয়দবা
অব্রাৎপনা থল্লবা পুন্সিসিনা
করম্না নুংশিবা ফোংলুগনি ।।

কায়নখিদ্রা নুংশিবা হৌরুরগা
মতিক চাদে হায়দুনা
ফোংদ্রিবা নুংশিবা অদুননি
থম্মোয়দা নুংশিবদো অসুম লৈন্নবা ।।

২৯/১০/১৯৯১





৭৫

# "খনজিনলক্লে য়ুখল অমনা"

খনজিনলক্লে য়ুখল অমনা
মাগী ঐগী মরকসিদা
উন্নবা য়াদম্বা পুক্সিসিগী ॥

অশেংবা মরমদুদি খংনিংই
মানা করম্না শাওখ্রিবা
ঐনা করম্না ব্রারৌখ্রিবা
মরম অমদি লৈরমগনি
কনানা লানবা, কনানা চুম্বা ॥

খনলুদে নোংমতা ঐনা
মানা ব্রারৌবা হৈরমগনি
মোমোন্তা নোকচবি মায়থোংনি মাদি
মীব্রাগী লাংদা থুদুনা
ঐবু লান্না লৌখিবা ওইরমনি ॥

৩০/১০/১৯৯১





## ৭৬

## "ময়াগী থৌরিনা পুল্লিবা"

ময়াগী থৌরিনা পুল্লিবা
তাইবং মীওই মপোক্নী
করিসু লৈতবা (মপোক্নী) তাইবংনি
হকচাংগা থব্রায়গা কায়নরবদা ।।

নথন্তা লাকপা নহাক্লি
নদোম অদুম হনখিগনি
করিসু পুখিবা য়ারোয়দো
হকচাং পোলাংদু নত্তনা ।।

হিংলিঙৈ তাইবং মীওইবা
কল্লক মিহৌ লৈরুনু
শিরগা লোয়রবা মপোক্লি
নঙগী (কনাসু) করিসু নত্তেদো ।।

৩০/১০/১৯৯১





৭৭

# "পুন্সি সন্ধিয়া ওইরক্লে"

পুন্সি সন্ধিয়া ওইরক্লে
কমলাক কুরু কারক্লে
পাঙ্গল ময়েং তারক্লে
হরি নামবু নীংশিংলক্লে ।।

পাঙ্গল মানা কল্লিদৌদা
নীংশিংলুদে হরি নামবু
পাঙ্গল মানা য়াওদ্রবদা
থিরক্লে মাবু কৈদনো
তোয়না তোয়না কৌরক্লে ।।

হে তাইবং মীওইবা
পাঙ্গলনা কল্লীঙৈ মতমদা
কাওগনু হরি মিংলেনবু
শোঞ্জৌ মাবু তত্তনা
মহাক নত্তনা লৈরোয়দো ।।

৩০/১০/১৯৯১





## ৭৮

# "নুংশিবা খংজদ্রিবী লৈরাংনি"

নুংশিবা খংজদ্রিবী লৈরাংনি
হৌবিনু ঐগোন্দা নুংশিবদো
থেমলনু ঐবু নুংশি হায়না
খোয়মু নতাৎ তৌদুনা ।।

লৈকোল খুদিং চাক্তাবা
লৈরাং খুদিং মিহৌবা
খোয়মু নরমচৎ লুরমলোয়
ঙংলনু অমুক ইনাকসিদা ।।

লৈরাং লৈহি চুপথোক্লগা
খাংঙু থক্তা কেলহনবিবা
পামজদে ঐদি কিজেনে
থম্মোয় পীবা ঙমজরোয় ।।

৩০/১০/১৯৯১





## ৭৯

## "অঙাওবা নত্তে ঐহাকসে"

অঙাওবা নত্তে ঐহাকসে
হায়বিনু ঐবু অঙাওবনি
নখোয়গা ৱাখল খেন্নবনা
হায়বনি ঐবু অঙাওবনি ।।

পুমওন ওল্লে মতমসে
মীতৌ তমদুনা লেলক্লে
চম্না হিংজবা কয়াবুদি
অঙাওবনি হায়বিরে নখোয়না ।।

খঙঙু অসিমদি নখোয়না
মীতৌ তমদুনা লেল্লীবদো
নোংমদি শোয়রোয়নে তোকখিগনি
চম্না পুন্সিদো লেল্লকখিনি ।।

৩১/১০/১৯৯১





৮০

# “মৈ মৈ অন্দোগী মৈ”

মৈ মৈ অন্দ্রোগী মৈ
নুংশিদরা কপনিংদরা য়েংলগা মৈরিসে
য়েলহৌঙৈগী মীরোন কয়াগী মৈরিনি
মুত্তরি অসুক কুইরবা ফাওবসিদা।।

নত্রগা

মৈ মৈ অন্দ্রোগী মৈ
য়েলহৌঙৈগী খুন্থোকলকপা মতমগী মৈরিসে
নুংশিদরা, কপনিংদরা য়েংলগা মৈরিসে
মুত্তরি অসুক কুইরবা ফাওবসিদা।।

মৈতৈ ঐখোয়গী শেংলবা মৈরিনি
ইপা ইপুনা হৌরম্বা মৈরিনি
মসিবু মুত্তনা থম্বনা ইথৌনি
চেকশিন্না ঙাক্লসি মৈরিসে ঐখোয়না।।

মৈসিনা মৈরি ফরিঙৈ মতমদা
য়েক্লবা কনাবু কিগনি ঐখোয়না
ইপা ইপুগী পাঙ্গল থৌনাদো
য়াওবনি মসিদা অমত্তা খাক্তনা।।

৩১/১০/১৯৯১





৮১

## "চান্নবী ঐনা নঙবু নুংশিরুবা"

চান্নবী ঐনা নুঙবু নুংশিরুবা
করিদগী হৌরকপনো খংলবরা
থম্মোয় ইহুলসে অঙকপনি
খামবা য়াদনা নকশিন্নরকখি ।।

নোংমা ঐনা শাওখিবদা
নঙনা ঐবু থেমজিনখিবদো
খলনু খল্লুরগা থৌদোকশিংদো
নুংশিবসে অসুম হেনলকখিনে ।।

নঙগী থম্মোয় মীশুমহৈবীদুনি
ঐনা নঙবু পামজখিবা
পুন্সিগী খোংলোয় ওইজনিংখিবা
চন্নবী থম্মোয়দুনা খংবিয়ুনে ।।

৩১/১০/১৯৯১



## ৮২

## "ওইনচাওবী নঙবু শাওরনুনে"

ওইনচাওবী নঙবু শাওরনুনে
ঐনা থেমবসে য়ারোনে
করিগী অদুক ৱারৌরিবনো
ঐবু করিসু নুংশিদ্রবরা ॥

ঐনসু নোংমা শাওখিবদা
নঙনসু ঐবু থেমখিবনি
নঙনা শাওবা মতমসিদা
ঐনা নঙবু থেমলিবসে
খোয়খা লিনখা থারনুনে ॥

থম্মোয় থম্মোয় চমথোক্লসি
ৱারৌ পুরৌ নৈনগুমসি
শাংল পুন্সি লম্বীসে
হরাও হরাও চৎমিন্নসি
মায়থোংদো মোমোন নোক্লোনে ॥

৩১/১০/১৯৯১





## ৮৩

# "শোল্লী হায়রুনু নুজাগী থম্মোয়"

শোল্লী হায়রুনু নুজাগী থম্মোয়
কনবদগী কল্লবা মাগী থম্মোয়নি
থম্মোয় কয়াবু মচেৎ তাহনবা
মিৎলু লাইজ ইরা হৌহন্বনি ।।

মপালদদি শোন্না উবনি মাসে (মখোয়সে)
থম্মোয় মনুংদদি নুঙবু ফুমবীনি
মাগী মেংলবা য়াব্রা খুদিংদা
মৈরি থোক্রবা মৈশাবু য়াওবনি ।।

হৌরুনু নুংশিবা থম্মোয় খংদনা
মিৎলুদা পিরাং কংদ লেনজনি
ব্রাজনি নদোম অব্রা মৈরিদা
নুংশিবা মশক খংদনা পুন্সিদা ।।

৩১/১০/১৯৯১





## ৮৪

## "ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম অমা"

ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম অমা
পিদনা চৎলগেরা চান্নবী (চান্নবা)
পাওখুমসিমতং পিরমখো নঙনা
থাদোক্কুনা চৎপা তারবসু ।।

নুংশিগী অহান্বা শৈহৌনি
থম্মোয়গী অহান্বা মমিনি
মুৎথৎকে খনবরা নঙনা
য়ায়ফবা (বী) কনাবু পামদুনা ।।

করিগুম্বা নঙনা চৎখ্রবা
কাওহনলমখো নঙ- ঐগী ব্রারি
থম্মোয়দা তাখিবা মমিশিং
বীদায়না পম্লুং ওইদ্রিবঁ ।।

৩১/১০/১৯৯১





# ৮৫

## "হুমদোকখ্রে ঐগী নুংশিবগী"

হুমদোকখ্রে ঐগী নুংশিবগী
ব্রাহৈ চাম্মা চাম্মদো
নঙগী কল্লবা থম্মোয়গী
মীনুংশি য়াওদ্রবা নোংলৈলক্তা।।

মতম কয়া নিংজরকপা
নঙবু ঐগী থম্মোয়সিনা
অরেম্বা ওইহৌরে লম্মখাংদা
লংলা য়াওদ্রবা লিক্লাংগুম্লে।।

কায়রবা থম্মোয়সে থেমজিনলগে
নঙগী য়ায়ফনি হায়রদি
লেম্বা তমলগে মপোকসে
নুংশি ঈশৈ শকলদুনা।।

০২/১১/১৯৯১





৮৬

# "মিৎয়েং হৈবী মাগী মিৎয়েংদুনা"

মিৎয়েং হৈবী মাগী মিৎয়েংদুনা
হৃদুনা পুখরে ঐগী থম্মোয়সে
মফম খংদা কদায়দা পুরিবা
খংদ্রি ঐদি মাগী পুকচেলদি ।।

অহান্বা য়েংনখিবা মিৎয়েং অদুনি
থম্মোয়দা কন্না শাফু পিখিবা
মাগী মেংলবা ৱাহৈ অমদা
ঐগী থম্মোয়সে ইথক হৌহনলমবনি ।।

চিক্লবা অহিংগী থেংলবা মতমসিদা
তত্তনা নীংশিংহনলি মাগী মিৎয়েংদো
কৌরিবোয়দা নিংই মাগী মচিন্না
লাক্লো হায়না মনাক্তা ঐবু ।।

০২/১১/১৯৯১





৮৭

## "য়েংউ চীংশাং পরেংসে"

য়েংউ চীংশাং পরেংসে
মরু কোক্কে চীংমায়সে
ইহাং হাংলে উপালশিং
তমথিবা শকলোন ওইরেনে।।

কপলিনে মাদি তুথিন্না
থেংলবা অহিংগী অচিকপদা
কায়নখ্রবা উপালশিংবু য়েংলদুনা
পিরাং চিন্থনা (মাগী) থস্মোয়দা ।।

পিরাংগী মরোল খংহৌদ্রবা
ব্রাকত্তুবু তাদ্রবা ঐখোয়না
কৈদৌরুনী হিংলুবগী মালেমসিদা
হয়েংদি শোয়রোয় চৈনা ফংগনি।।

০২/১১/১৯৯১





৮৮

## ‘ঐগী অশাগী মংলান্দা”

ঐগী অশাগী মংলান্দা
খনলুরে নঙবু ঐহাক্না
পুন্সিগী খোংলোয়নি খন্দুনা
থম্মোয়দা লোন্না তুমিন্না ।।

ঐগী পুন্সি লৈকংলাদা
নুংশি ময়াই কাহন্দুনা
থম্মোয় ইথক হৌহনখি
নুংশি ইনোৎ হাপতুনা
অহিং নুংথিল অনিদা ।।

য়েন্নিংথা ওইরে থম্মোয়সে
নঙবু ঐগীনি খনলুবদা
খনজবসে থুংজগে মপোকসিদা
নুংশি মিনোক্তো নোকপিরোনে
থম্মোয় অসে ইংজরগে ।।

০৩/১১/১৯৯১





৮৯

## "খল্লুদে অসুম্মা কায়নগনি হায়বা"

খল্লুদে অসুম্মা কায়নগনি হায়বা
নঙগা ঐগা নুংশিনবগী মরিসে
মতমনা পুরকপা অহোংবনি খল্লসিরা
তাইনফম খংদ্রবা ইরানসে লোৎশিন্দুনা ।।

খংহৌদা হুমলকপা নোংলৈ অমগুম
চৎলুবনি ঐনা থাপলবা মফমদুদা
নঙগী নফমদা খংহনলম্বা তৌদনা
শাওরমগনি হায়বসু খংদবদি নত্তে
অদুবু নফমদা করম্মা তমলুনি
মতম ফংখিদে ইপাওসে তমনবা ।।

হে নুংশিবী মতম অমগী চান্নবী ...
নঙনা ঐবু মীরায়গে খনলবসু
নঙগীদমক খনজহৌবা অমদি লৈহৌরি হায়বসে
মতম পুম্বদা কাওগনুকো চান্নবী
ঙসিদি নঙবু বীদায় পীরগেকো
নুংঙায়বদা ওইযুকো পুন্সিদুদা নঙদি ।।

০৩/১১/১৯৯১





## ১০

## “কাওবা ঙমলোয় ঐনা নঙবু’

কাওবা ঙমলোয় ঐনা নঙবু
কায়নরবসু ঐখোয় অনী
নঙনা পীরম্বা খুদোলপোৎসি উরগা ।।

পুন্সিগী অহাম্বা নুংশিরুবনি নঙনা
থরায়নি খন্না থমজরুবনি থম্মোয়দা
কায়নবা হায়বসে অমুক্তসু থেংনদ্রি
ঙসিদা ফাওরক্লে থম্মোয়সিদা কায়নবসে ।।

ঙাওরেনে ঐদি নীংশিলকপা খুদিংদা
অদুঙৈ পীরকখিবা খুদোলশিংসে উরগা
ইমাংসিদা নঙবু লাক্লবোয় খনলুরে
নুংশি ব্রাহৈশিংদো নাপ্লসিদা ঙংলরে ।।

০৪/১১/১৯৯১





৯১

## "নোংমা চৎলুই কায়নরবা মতুংদা"

নোংমা চৎলুই কায়নরবা মতুংদা
চান্নরম্বী মাগী ময়ুম মায়কৈরোমদা
খংনিংবনা মপাওদো নুংশিনরম্বা কৌবনিনা।।

তারকই মপাও নুংঙাইহৈরি হায়বা
নুংঙায়রমগনি খংই মহৌশানা পামজবনি
থিসু থিখিবনি নুংঙাইবদা খন্দুনা
ব্রাবা হৈনদ্রবা নুংঙাইনতা হৌরকপিদো।।

পুক্লিংসে মাগী মপাওনি হায়রবদি
চোকথবা খংদবা মখৈ খোয়রাংখি
কায়নখ্রবসু মানা নুংঙায়না লৈখিবদো
ঐগী থম্মোয়সিনা কয়াদা পেঞ্জবা।।

০৪/১১/১৯৯১



## ৯২

# "লম্বী তাইবং লম্বী"

লম্বী তাইবং লম্বী
লমলোং কয়া ফাংবনি
অফবা মায়কৈ য়েংদুনা
হৈনা শিংনা চৎলুকো ।।

লৈকুৎ লৈতোং নায়রবা
তিঙ্খং তুমবৌনা থল্লবা
তাইবং পুন্সিগী লম্বীনি
হৈনা শিংনা চৎলুকো ।।

শিংনা হৈনা চৎলগা
অফবা লম্বী (তাবনি) ফংবনি
খোংফম অমা শোয়খ্রগা
নোরোক্কী কোমদা তাগনি
হৈনা শিংনা চৎলুকো ।।

হে তাইবং মীওইবা
লমচৎনা লম্বী শেম্বনি
লমচৎ ফনা চৎলগা
লম্বীসু শোয়রোয় ফগনি
হৈনা শিংনা চৎলুকো ।।

০৪/১১/১৯৯১





## ১৩

## "হায়না হুমনা শাৎলিবী"

হায়না হুমনা শাৎলিবী
লৈরাং নঙবু নিংথিবী
লৈরাং লৈশক হেনমল্লি
লৈনা চোয়না কেনজনি ।।

চেংলৌ হেন্বী থাজসু
মায়দা মায়হিং কাবনি
নাপল ময়ায় থাদোকউ
খোয়মু মহু চন্নবা (চংদনবা) ।।

তাইবং পুন্সি মপোকসে
অকা অকুম নাইবনি
ঙসি লৈশাৎ তমলম্বা
হয়েংদি লৈমন চল্লনিদো ।।

০৬/১১/১৯৯১





## ১৪

## "উখিদবা কুইরেদা শক্তমদো'

উখিদবা কুইরেদা শক্তমদো
থায়নগী ঐগী চান্নবীদো
মরা মপাওসু তাখিদরে
কবম হায়নবু লেললিগবা ।।

কুমজা মশিং য়ামলেদা
অকাও পরৈবু চনদৌরে
নীংশিং মমি শামলক্লে
চেংলৌ শক্তমদো কাওশিনলক্লে ।।

শঙ্কা শঙ্কা উন্নদুনা
নুংশি ৱারি শান্ননিংই
নীঙোলগী নীংথিরবী নাপ্পদুদা
গুলাপ অমত্তং চীনজনিংই ।।





## ১৫
## "থোরক্লে কোরৌহম্বসে"

থোরক্লে কোরৌহম্বসে
মশেক মঙাল লোয়ন্দুনা
য়েল্লক্লে তায়বংদা নীংথিরবা
ঙ্গাঙান্নবা মেংলবা মঙালনা ।।

চেক্লানা খোংলিনে হরাওনা
নীংথিবা খোঞ্জেলদা উপাললক্তা
হাংলবা অতিয়া মকোয়সে
লৈচিলনা ফিঙৌ ফৌবগুম
মনিং তম্না শন্দোকখ্রিনে ।।

লৈরাংগী লৈকা খুদিংসু
শাৎকায়রেনে কোরৌগী মঙালক্তা
খোয়মুসু ঙংলিনে লৈকোল্লক্তা
য়েংবদা কয়াদা শুমহৎলিবা
মপু মাগী খুংশেম্বনোনে ।।

২৭/১১/১৯৯১





# ১৬

## "হে ইতা কুন্দো লৈরাং'

হে ইতা কুন্দো লৈরাং
নুংশিবা হায়বদো অসুম্না তৌবরা ?
খংলবদি হায়রোবা ঐঙোন্দা নঙনা
মতম খুদিংদা ৱাদুনতা লৈবসিরা ?

নুংশিবা মাবু থেংনরুবা মিৎকুপ্তুগী
নুজা পুক্লিংসে ইরাংদা লাংলেনে
তপথদুনা লৈয়ু হায়বা য়াদরে
ৱারেনে থম্মোয়সে মাগী ৱাখলদা ।।

নুংশিবী ইতাও, ঐবু নুংশিরবদি (নঙনা)
নুংশি নুংওনগী মওং মতৌদো
অমত্তা চিৎথদা ঐঙোন্দা লিরোনে
থম্মোয়দা ৱারিবা পুম্নসে কোক্লবা ।।

০৭/১১/১৯৯১





## ১৭

# "নোংদোলগী হাংলবা লমদমদা"

নোংদোলগী হাংলবা লমদমদা
লৈচিলনা জগোয় শারিয়ে
থাজগী মেংল মঙালদা
নোংইন চেক্লানা ঙাওজরি।।

ঙাওরি ঐসু মহাক্কুগী
ব্রাখল লিশাং থাদুনা
নোংইন্না থাজগী ব্রাজবগুম
ঐসু ব্রারিনে নুংশিবীদুগী।।

নুংশিজৈ পাম্মুজৈ মহাকপু
কনাগী মিৎয়েং চংহন্নীংদে
ঐতগী ওইনিংই নুংশিবসে
খম্বন চাওবনি হায়রবসু।।

০৯/১১/১৯৯১





## ১৮

## "বীদায়না পম্বুং ওইরগেরা ?'

বীদায়না পম্বুং ওইরগেরা
ঐবু থাদোক্কে খনলবরা
নঙগী করম্বা থম্মোয়না
মৈচাক্তো ইফমদা পীরম্লগা ।।

চৎখিগনু থাদোক্কুনা নঙনা
ঐগী চন্নবা পুন্সিবু
নুংশিগী লিক্লাংসে লেংবদা
ৱারবা (চেকথরবা) ঐগী থম্মোয়নি ।।

হায়বিরম্মু নঙগী (চীৎথদা) অপাম্বা
নঙনা ইনাক্তা লৈরিঙৈ
লমলাম্বী (বা) কনাগী ওইখিদ্রিঙৈ
ৱারৌখিবগী মরম কয়াদো ।।

০৯/১১/১৯৯১





৯৯

# "অহানবনি মানা পুন্সিগী নুংশিবা"

অহানবনি মানা পুন্সিগী নুংশিবা
পিখিবনি ঐনসু থম্মোয়বু মকাদা
লৈজবা খাক্তনা পেন্নবা মহাক্কী
খোংলোয়নি খন্দুনা পুন্সি লম্বীগী ।।

থনমলে হকচাংসিদি মৈচাক্কা লোয়ন্না
পুখরে থম্মোযদি মানা হুদুনা (মনাক্তা)
মাগী মিংয়েংদো লানবা ওইরমলে
খংলুদবা ঐনা মৈচাক ফংহৌরে ।।

হংলি ইথন্নতা (থম্মোয়নদি) ব্রাহং কয়া
মাগী মিংয়েংদো নুংশিবগী নত্তবরা ?
নোক্লম্বা মিনোক্তো নুংশিগীনি হায়রোয়দরা
পংলবা থম্মোয়সিনা পাওখুমদবু ঙাইরিনে ।।

০৯/১১/১৯৯১



## ১০০

## "তাহনলনু পিরাং মিৎলুদগী"

তাহনলনু পিরাং মিৎলুদগী
ন্নারবা ঐগী পুন্সিসিদা
নুংশিবী নঙগী ন্নাখলদা
ং অসে লাংতক্লরে ।।

ঐগী থম্মোয় ইরোন্নুংদা
লোত্তুনা থমলিবা নুংশিবসে
পিরাংসিনা মরোন থোক্লম্লবা
খংলমগনি নঙসু নুংশিবসে ।।

কয়াম কুইনা কপহনখিনি
হায়য়ুনে চান্নবী অমুক্তদি
মিৎলু পিরাংসে লেপহনদা
নুংশি মমল কাহন্দুনা ।।





১০/১১/১৯৯১